# ꯑꯩꯒꯤ ꯑꯣꯏꯅ

# ঐগী ওইনা

উলেল মীতৈ




মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি, ইম্ফাল, মণিপুব

# EIGEE OINA

*a collection of Manipuri poems*
*by **ULEL MEETEI**,*
*Sagolband Tera Keithel, Sapam Leirak, Imphal,*
*Manipur-795001*

***ISBN - 978-81-906458-9-8***

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | ঃ | ২০১০ |
| অফোঙবা | ঃ | ব্লাংনীংবীনা মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালগীদমক্তা ফোঙজবা। |
| মখুম | ঃ | শামুঙৌ থোকচোম |
| কোপি মশীং | ঃ | ৬০০ |
| কোপি রাইট | ঃ | অইবা |
| লাইরিক ফংফম | ঃ | ১) মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল<br>২) অইবদগী |
| মমল | ঃ | লুপা ৯৫ ০০ |

---

লাইরিক নম্ফমঃ জিঃকেঃ প্রিন্টর্স, উরিপোক ফ্লাই ওভর ব্রিজ মখোঙ।



ৱাখল পীবিবদগী নঙনা

ইজবনি শৈবেং ঐনা

অদুনা

নহাক্কীনি

**ঐগী ওইনা শৈবেং লাইবিকসি।**

# ঐগী ওইবা ৱাহৈ

ঐনদি শৈবেংগী হাযদুনা ইজবনি। খ্বাইনদি পাবিবগা কাব খনবিগদবনো হাযবদুমদি খঙজদ্রে। অদুমকপু ঐগী ওইনা তাসিন-খোমজিজদুনা পুথোকচনিবা লাইরিক অসি মীৎযেং ওনবনবা পুম্নমক্কী মফমদা শিজ্জবনি।

পলহৈদবা যাদবা অমনা, নাওরেম লোকেশ্বর (সনাযাইমা), দোনেশ্বর কোন্সম অমদি শামুঙৌ থোকচোম মরুপশিংনা লাইরিকসি ওইনবা তোৎনবদা বাধিশরবর কাউবা ঙমজদে।

উলেন মৈতৈ

## য়াওফম

# শেংদোকচবা অমা

ঙসিগী লাইবিক ফোঙবগী থৌবম অসিদা
থৌবম মপু ওইজবদা ঐনা
ইকাযখুম্নবা উৎপীবা ওইনা
ফি মতেক অমা য়াম্নবীবি লেংজুমদা
ৱাখল খঞ্জবনি মসিদগী,
মহৌশাদি বেজ অমা অদুক থেংপীবনি
নংত্রগা চেবৈ অমা অদূক পীবিবনি,
মতমদো নুংশি।

হৌজিক্তি,
মমল লৈবা পোৎ পীনবে
শম্না পঞ্জববদা হৈনীংনবনিবু হায়জনীংই,
লেংজুমগী ফিদা নাঞ্জবদুনা ঐনা
নোকফেৎ নোকফেৎ তৌজখিবদু তোয়না
খঞ্জখিবনি অসুম
হোংলক্লিবা মতমসিগী মবম।
ঐন খঞ্জখি,
ঐগী নুপী
চহী হবদি লৈশিল্লক্লবী
মীয়াম্নদগীসু হেল্লক্লবী
ঐগীদি চান্নথোইববীদু
হনখিবদা হোবেল ঐগী কাদা কৌসিনগে
ঐঙোন্দা পীবিবকপা ফিসিনা মকোক কৃম্নীগে
মৌ অনৌবী শাহনগে

ইমীৎ পেন্না ফজবা য়েংগে,
অদুবু ঐগী নুপীদি হায়নীংবদা পন্দবীনিনা
কনানা খঙগনি হায়বকপসু,
ফিনা খুদোল তমগদবা লৈববদি শোয়দনা
থৌবম মপু ওইবদা কবি কবিগুরুদা
ফিগে ফনেক ওইনা পীনবা তক্লবীয়ু
নুপানা পাযবা পুবা ফজদে খল্লবসু
চেবং খাউ অমগী মনুংদা উননবা হাপহনবীয়ু
যুমগী নুপীনা নুংশিবা হেন্নবা,
মাগী মপুবোইবদি লৈপাক মীয়াম্না শকখঙলবা
মপাল থোকপা মীবক তিনবনি হায়নবা ।

থৌবম মপুগী থৌবম লোইশিনবগী ৱাহৈদা
খুব্যাক খুবা য়াওনবকই
হুইশেল ফাওবা খোংনবকই ।
ঙাইহাক তুম্মীন লৈনৈ
উন-ৱাইমুক চীকই
ৱাদি ঙাঙনদা অমগা অমগা যেংনৈ,
অহল অমা তপ্না হৌগৎলকই
মখুৎপু লোন্নজ নোল্লুক্লবু হাযজবকই,
ঐখোযগী থৌবমসি খবা খবদি শেমদোক্লর্বসি
ফিনা খুদোল তর্ব্বসি
ফববুদি ফৈ হায়ববু মতৌসি
হোংদোক্লসি খবগীমখৈদি মখলসি
নুপীগী অকে-অমৌগী পোৎলমসু পীনবসি
হবাউনবা মখোয়সু।



# ঝারী অমা

মীওই অমনা অশিবা মী অমা শাই,
অঙাংবা মচুনা শেন্বা হৈদোক্পুনা থম্বা ঈদা
অশিবা হকচাং অদুনা তাবা শাই
ঈখেংলক্তা অঙৌবা গুলাবনা তাউবা মান্ন।

নুপা অমনা নুংশুক্লনা ফম্মী
অশিবা হকচাং অদুদা চাগদৌবগুম য়েংই,
মহাক্তু অশিবা মী অদুগী মপানি,
নুপী অমনা তেংথা-নাওইনা কপ্পী
শিরিবদু মবাল লৈতবনিবু হায়বদুনা,
নুপীদু অশিবা মী অদুগী মমানি।

চানা শাবা ঙাক্তগী
হেন্দ গ্রেনেদ অমা,
নোংমৈ মচা অমা,
লুপা মশীং খবা পনবা
শোয়বোইদৌবা মতমদা পীগদবনি খঙহনবা
অইবা ঝাবোল য়াওবা চে অমা
লৈ অশিবগী মনাক্তা।

অচৌ-অশাং মানবা অমনা চঙশিল্লক্লগা হায়বকই
শিরিবা মী অসি পাম্না থিবিবনি
মহাক্কী মকোকসিগী মমল য়াম্না কাববনি।
মশা নানবা নুপা অমনা

খুদোম্বীনা মচীনবান্দা তক্লদুনা খল্লী,
অশিবা মী অসিগী খোঙউপসি চাদে
খ্বাঙগী পেতিসি কন্না লাকশিনমল্লি
পাদম লাক্তনা তূবা খোঙ্গাওনি
লীৎলিবা ফুবীৎসিসু ফুবীৎ খুদাং চোনমল্লি।
নহা অমনা হায়বকই,
মহাক ঐখোয়গী কাঙবুগী থৌপাংলোইনি
মখূৎ চল্লবা মতুংদা তমথিনা হাৎপীবনি
ঐখোয়না মাবু ইকায়খুম্নবা উৎলী
য়েক্লবগী মথক্তা লমল খুমগনি।
লৈপুঙ ফমগনবা অহল অমনা ফোঙদোবকই,
থাজনিংঙাই লৈত্রে মকোক্তা মশন্মু হৌববা মীদু।

মপা শাবসু অদুম উংদুনা লৈ
মমা শাবীসু অদুম হীকহীক কপ্পী
কুম্মৈবোইগী লমজীং লমতাকপদু থোবকই,
ঙসিগীদি পূম্নমকপু খুকমজবি।

কুম্মৈ লোইবে লাউথোবকপদুদা
মায়কৈ মবীদা লাঙনবকই
মীয়াম্না লাউশিল্লকই,
কুম্মৈ লোইবা মতাঙ চাদ্রি
মপুঙ ফাবা য়াম্না ৰাৎলি
লমদমসিগী অৱাবগী ৰাবী লৈবি।



## মীৎয়েং

ঐগী নুপীদি থবক তৌবিনিনা
নুমিৎ খুদীংগী লোয়শঙ কাবীনিনা
মাগী চৎপা নংনবা হোৎনবদা
থবক য়াম্না চিল্লি ঐদি,
ছুটী নুমিৎতা থবদি শাফবরা
মদুসু হায়বা ঙম্বা নত্তে
মীতিং লৈ তুব লৈ সাইদ চৎকদবা লৈ
যৃমদা ঙাইহাক্তা ফম্বা শংদে
নোংমাইজিংদসু থবক অমা হেক্তা থোবকই
ছুটী ওইবা ওইদবা অমহানিবু হায়নিংই।
মদুগীসু মথক্তা তোঙান চাববনিনা
হিংবা ঙম্নবা হোৎনবা তাবনিনা
অযুক ঙন্না হৌগৎলি
চাকঙন থোংই
থোংন-থাক্লবনা মানা লাঙই,
নুপীনা থবক চৎখ্রবা মতুং
লৌহৌই অঙাং ঐনা
শেন্নহন্দে মীঙোন্দা শেল তিংনা।

অঙাং মবুক লামদুনা কপ্লকপদা
শঙ্গোম শেন্না নংনদবদা
কবিগুম্বদা অঙাং মমা ওইনিংলকই
অসুম্না খল্লকপা মতাঙ য়াওবকই।
নুপী অমনা তৌগদবা থবক্তু
ঙম্নবা হোৎনৈ ঐহাকসু
নুপীগী ফিমক্তি শৃদে

অদুবু মসি হায়বে হায়দুনসু
মীবক-নাবক য়েংলগা
মানা ফৌবম্বা ফি লৌশিন্দবদি নত্তে।

ঐগা নুপীগা ইচাগদা লৈবা
অপীকপা ইমুং ওইজববসু
কৃপ্লোমদা ৱায় ঐসে
অদুবু মীনিনা ৱাবৌদবা ঙমজদে
হোটেলদা চা থক্কনবশিংনা ঙাঙনৈ তাবদা
চাগী মনিলদা খুদোম্বীনা থেংল-থেংলগা
ঐখোয়গী ইমুংসে নুপা নুপী ওন্নবে
ঐসে নুপীনা ঙম্বা নুপা ওইবে।

ঐনা ঐগী মবমদা খল্লুবদা
নুংশিবকই পুক্কীংসে মদোম
অদুবু মীৱা ঙাঙনবশিংদা শীংনবদুনা
নোক্লিংদনা নোকই ঐসে
ইচা চাউবফাউবদংদি খাঙ্গে।

পুন্সিগী ৱাবী নীংশিংলিঙে
অসুম্না অসুম শৈবেং ইবিঙে
তপ তপ তাবকই পি
ঐনদি খল্লুই কদায়দগী ঈশিংনো
ঐনা লৈনা লৈনা য়েংবদা উবকই
ঐগী নুপীনা ঐবু মুন্না য়েংদুনা লৈবম্বা
শৈবেং ইবদা ঐবু কপ্লববা হংলকই,
ৱাহংদুগী পাউখুমগী মহূৎতা
পীশিল্লি ঐনা ইবিবদু ওইনা,
ঐগী শৈবেংদু পানা পানা ঐগী নুপীদু
শীঙ্খবকই মপি চদূম চদূম
মাবু উবদা ঙক্লদুনা ঐগী মীৎসে
লাওথোকপা হেনগৎলকপগুম নীংই অসুম।



# নকশিল্লক্লবসু নাকেন্থা

নঙগা ঐগা লাপ্পবিঙে
পাখঙ লৈশাবী ওইবিঙে
শকখঙ মাযখঙনবা কুইদ্রিঙে
নঙগী মাযথোঙসে ফজবদা থাজগা চাংদম্লখি।
ঋায ঋায তাবা নঙ্গী শল্লাংদা
ইঙাগী নোংহৌবু চিংশিঞ্জখি,
নঙগী ফজবা শুমহৎপদা ভাওজবদুনা ঐনা
ইকাযবা অকিবা থাদোক্লনা
নুংশি-নুংওনগী ব্লাহৈ মশীং খঙদনা
তাহঙখি নঙগী নম্প্লদা হঞ্জিন হঞ্জিন্না
শাউবংনবী নতৌ থাদুনবু ঐনা
ঈশৈ কযা শর্কখি তাল থাহন্নিংনা নঙনা,
কযাদা খেন্নববা হৌজিক্তি
অদুঙেগী মতমদু নুংশিবকই।

হৌজিক্তি ঐনা খল্লী
নাচোম চিনবদা নঙসে অমুক পকচববোই
শমজীবৈ থেৎপদা মৌ নহাসু অমুক মাল্লবোই,
উবগুম্মা তৌবে ঐগী মীৎতা শংশংনবু,
লৈ চবুল চবুল পাযবগা নঙনা
চৈশু শুবগা তপ্পা
লাইশঙ তম্মা চৎপদুবু ওইনা,
যেংনীংলক্লে মদুনবু হেন্না।

ফুঙ্গা ৱাংমা ৱাংমদবু লৈবগা
মৈবু তীক্কুনা ফম্বদা
ঐখোয় অনী মায়োক্লনা য়েংনবগা
মীৎতা পিবু শীঙ্খ্ববসু ইবান্নিদি
চীনবান্দদি মোমোনবু নোক্লসি
ঙসিদি ঈশৈসু শকমিন্নবসি
নুংশিববা পুন্সিগী ফজবদুবু কৈদনো হায়না।



# মমি-শামি

মখোয়'পা মখোয়'পা তানবা নঙবু
য়াম্না কিবে হায়বা ঐবু
কবিনো খোঙ্গেল অমা তারিবসে
থেঙলম্লগনি অহিং অসিসু।
মপুবোইবনা খুম্মী,
উম চুম্মী তাবে ঐসু
য়েংলুবনা ফগদবা খল্লিবনি অসুম।
লোয়নবীনা খামজিন্লে
ঙাইবিখো থোকপীখিগনু
চৎপা তারবসু চৎমিন্নসি ইবান্নি পূন্না।

মতৈ-মনাওদু তপ্না হৌগৎলি
অমম্বদা চৎপা হৌই
মাব-মাবদুনা মখোঙনা
হাইর-হাইবদুনা মখূৎনা
কবি লৈবগে য়েংনবা মপান্দা।
মপুবোইবনা হায়বকই
থোঙ পুনা থারমদেনে
ইচা মপান থোকখিবা য়াওববনে !
লোয়নবীনা খোঙ্গেল পীক্লা হংলকই
ঙবাং কনানা কোন্না ফমুং চঙবগে
থোঙ লোনবা কাউবল্লিবসে !
থোঙ হাংদোকপদা মখোল হৌদনবা
হৈসিরা খজিক্তং ঈশিং

মদুসু কদায়দগীনোনে হৌজিকপু ঈশিং !
থাংগৎলগা থোঙদু হাংসি
মখোল থোক্তবসু য়াই মদু।
মপুবোইবনা থোঙদু তপ্না থাঙ্গৎলগা হাংই
মকোক লীংথোক্লগা কোয়না য়েংই
নুপাদুগী মখূৎনা নুপীগী মবেংজুমদা থম্মী
অমম্বদা উবদু তম্মী
নুপাবা নুপীবা খঙদে
মীগুম্বা অমদি উরে
ঐখোয়না তাবা খোঞ্জেলদো মসিদা লৈবে।

নুপীদু খ্বাই লাউই
কোকচাউবী কায়
ইমা লাউবল্লগা মপুবোইবদা কোনশিল্লি।
মপুবোইবদুনা পাখৎতবা শাবদুনা
মখোলদি নীক্লপ্না হায়বকই,
কৈদৌবে মমা ঐ লৈবিবর্সিদি
কনা কবি কিব্বিবনো নঙসিদি।

শেংফাওবা শকফমদু চঙশিল্লকই
থোঙজিন তম্নবু নকশিল্লকই,
ইমা' ইমা' কৈদৌববগে ইমা !
পাবুংগা ইমাগনা উবিবদু ঐনে !

মঙলাক্লবদগী মীকপ থোরক্লবী অমগুম
মচানুপীদা মমানা হংলকই
কবি তৌরম্লিবা ইমাগী ইবেম্মা নঙদি
কয়াদা কিকরবা ঐখোয়দি !
খুমদবা য়াদবদগী মচানুপীনা খুম্মী

লৈ কোয়বগী খোঙথাং তল্লম্বনি পলেম
শোয়দনবা লুহোংবগী লৈ চাইবদা হয়েং।

থীদা অঙাওবীসিদি !
লৈশাবী শবীসিদি !
কক কক তৌবিবদুনা তাল থারিবরা নুংনা ?
উকদ্রবসু খঙই মমাদু নোকই হায়বসিমদি।
মপাদুদি চঙব্রে
শ্বায়দা অসুম লৈবা য়াবা নৎত্রে হায়বল্লগা।



# থৌরাং

তোংব্রম গীতচন্দ্র কৌবিঙে মতমদগীদি
মমিং চৎপা হেল্লি
জিঃ সিঃ তোংব্রানা,
সংস্কৃত অমসুং হিন্দী লোন্দগীদি
ইংলিসনা হেন্না  ফজববু মাল্লি,
অদুনদি ঐসু
খুবাইজম উলেল মীতৈ কৌবদগীদি
লৈপাক মীয়াম্না শঙবা হেন্নবা
ওল্লগে মিং।
খুবাইজম হায়বা কেঐচঃতগী কেঃ লৌবগে
উলেল হায়বসিদগী য়ুঃ লৌবগে
মীতৈ হায়বসিমদি ফৃকপ শঙনর্দননা থল্লগে
কেঃয়ুঃ মীতৈ থোল্লগে
শমজিনর্বাদা কেয়ু মীতৈ ইশানা শেল্লগে।
খুবাইজম উলেল মীতৈদগীদি
ফজবা হেল্লে কেয়ু মীতৈনা
ফাওগদৌবগুম্না নীংলে ঐসে,
মসিনা ওইবম্বা তাই
কনা কনাগুম্বনা মখোয়গী মিংদা
ইংলিস মযেক ২৬তগী লৌনবিবসি
ফুলস্তোপ অমমম নম্নবিবসি
অশম্বী মিং শীজিন্নবিবসি ।
মাবু লৈবিদবা অমুক্তা কৌগে
ইবেচাউবী! ইবেচাউবী! নঙবু লৈববা

য়া তানসি লাউ খোরকউ মপান্দা।
উলেল কৌবসি ফাওবো হায়বা য়াদ্রে ইবেন্মা !
মিং ওনবা তাবে ঐসে
অনৌবা মিং কেয়ু মীতৈ খঙলেদনা !
বেদিওদা তিঃভিঃদা কেবলদা পাউজেল চেফোঙদা
ঐগী মিং ওল্লে হায়না হাপ্পা তাবে,
কনানোনে কোঘোঙদগী চঙলক্লিবসিবু,
কবি হায়গে ইবুংঙো?

চঙলক্লিবদুনা খুল্লকই,
খুবাইজম উলেল মীতৈ কবিগী য়ুমসিবু পাবুং
থমজবমগে তৌবনি বার্ত্তণ অমত্তং।
মিং ওনগদৌববনি ঐদি
কেয়ু মীতৈ হায়না খঙনগদৌববনি হয়েংদগীদি
ফবে লৌহৌবগে বার্ত্তণসি ঙসিগীদি।

ঐগী নুপীনা ফাগি তৌশিল্লকই,
হান্নগী মিংদা হংলক্লবদি মখোয় পাবুংবু মীনা
খঙদে তাদে লৈতে লৈকায়সিদা মসিগুম্বা মিংসি
খুম্বা তাবেনে ঐসু
ইপুবোইবনি খঙনা খঙনা অসুম।
ঐনা মোমোন্তমক নোকই
ঐগী নুপীদি খোঞ্জেল থোক্লা চাননা নোকই
মীংচিনা ফল্লপ য়েংলম্লগা ইমুংদা চঙখি।



## ঙাইরম্বা

পলেমগী সিয়োম্মুংদা লৈবা থা তবা সুবদুনা
তাইবং মালঙদা ফাওবক্লে
অহানবদা হবাওরবসু
খুদুম শীংজববসু
হংঙা হায়নসু কম্লী
অদুবু কবিবু তৌকগবনো খন্দুনা
কবিগুম্বদা থব্বায়  তানা নোকপা য়াওখি
অসুম্মা অসুম শাগৎলকখি পুন্সি ।

অঙাং ওইবিঙৈ মশান্না কয়াদা নুংঙাইখি
নহা ওইবিঙৈ নুংশি নুংওনসু থেংনখি
পা-পী কবিনো খনখি।
হৌজিক্তি চহী লৈশিল্লক্লে
অহল ওইবা কয়াগী মবক্তা ফম্বা য়াওবে
অব্বাবা নুংঙাইবা ব্বারী শারে
পাউখুম থিবদা ব্বাহংদা খুদি থীবে
ঐসু মীওইবা হায়বদু ওইরে ।

কুইনা লৈরবদুদা ঐসে
পোত্থাবনিদি হায়জবগসু
হনবা মতম য়ৌববরবু খন
নোংচুপ চীংয়া তম্বা কোবৌহনববু য়েং
নুংশিববা মরূপ মপাঙ কয়াবু থনম
খোঙ থাংলকই তপ্না ।

নুমিদাংবাইবম ওইবক্লে
য়ূমসু য়ৌবক্লে
কোম্বোঙ থিংজিল্লগা মায় লৈশিল্লকপদা উবকই
শুমাংগী খাঙেনফমদা কূ অমা ।
নুপী অঙাং শাগৈ চা কয়া লৈবম্মী
ঐবু উবদা খূদোম্বী থিল্লকই
লাক্লে লাক্লে মহাক যৌরক্লেবু হাযনবকই
খঙহৌদনা হীক হীক কপ্লবকই।

কবিসু তৌদবা শাবদুন ঐনা
কবি অমত্তা মোং-হাদনা
ইশাদা ফি অমত্তা থোংদনা
তপ্না হিপথৈ চঙশিল্লদুনা কূ মনুংদা,
কনানো অমনা ফি কূপশিল্লকই
কর্বিনো খবনা ঐঙোন্দা ননশিল্লকই.
অশংবা অতিযা য়েংজবফাওবা নংহৌদে
মীৎকূপ কযা হৌখিবা খঙহৌদে
ঐসে তূমথক্রে
মীৎকপসু থোক্রে
মঙসু মঙদ্রে।



# অনী

ইতাও ইবুংঙো উনদবা কুইবেদা
থেংনদবসু চহী য়াল্লেদা
কবম্না পাল্লি নুংঙাইহৈবিকো ইতাও,
হবাও হবাও কৌনৈ নুংশিননা লেঙ্গোন্নৈ
মতমগী চংনবী ওইনসু খুৎ শোক্লে।

অহানবা ইতাওদুনা হংই,
অনা-অয়েক য়াওদেকো ইতাও
ঐখোয়সি অহল ওইশিল্লক্লেকো,
ইচানা কয়া লৈবা
নুপা কয়া নুপী কয়া
কবম-কবম্বনা কবি শিনফম পায়নববা ?

অনীশুবা ইতাওনা খুম্মী,
ইতাও ঐগী ইচাদি য়ামগ্রে
মমিং-মথা হেক্তা হায়বা ঙমদে,
তোম্বা চাউবা পিশক নীংশিং নীংশিং
মখুৎ থেক্লুনা মচা কয়া লৈবা মশীং থী
অমা অনী অহূম...
পূন্নদি লৈমিন্নৈ হায়ববু ইতাও
মপাগা মমাগা মচাগা
অমুক্তা উনদে হায়বদুনি
কনানা কবি ক্লাস য়ৌনা তন্নবা খঙদে
নুংঙাইববুদি নুংঙাইরি হায়ববু ঐসে
ইনাক খুল্লু হায়বসিমদি য়াদ্রে ইতাও।
অহানবা ইতাওদু বা মখা শমথবকই,

পুন্সি হায়বসি মসিনি ইতাও
হিংননবা ঙম্ম ঙম্মনবা হোৎনবা তাবনি
ইতাওনা খঙবিবিবদুনি
ইচা অহূমদনিদো ঐগীদি
নুপা অনী নুপী অমা,
ইচা নুপা অহন্দুনা দাক্তর ওইবে
ইচা নুপা অতোনবদুনা ইঞ্জিনিয়াব ওইবে
ইচা নুপী অমখক্তং য়াওবদুনা ওজা ওইবে
ইচা অহূম্মক লোইনা থবক তৌবে
শেল লূপা অমফাওবা তিংখিদে,
ইচানুপা অনীমক ময়ূম পাল্লে
ইমৌশিংসু থবক মচা অমমমদি তৌবকই,
ইচানুপীসু ওজা ওইমিন্নবা অমদা লুহোংল্লে
ইচাশিংগী মথৌ মঙম পাঙথোকখ্রে
মখোয়গী লমল তোম্দ্রে
নুংঙাইবে হৌজিক্তি ঐসে।

অহল লমন্না হায়নবা চুম্মী
মচা ব্রাবকপদা পন্নবিবনি,
ইচা য়োকপা লুই
ঙা তুঙ্গোল অমনা
ফৌ শঙবায় অমনা
অঙাং অমা য়োকপা য়াবা নত্তে।

অহানবা ইতাওনা মচাগী ব্রারী লীবি
অনীসুবা ইতাওনা অতিয়াদা উচেক্লা পাইবা য়েংই
মচা অফবগী ব্রাবীদুদা খোয়জংলুদে
মবক মরক্তা অনীসুবা ইতাওদু হকাম চল্লি,

অফিং-অফাই ওই শাসিন্নদুনা হবাওবা
খোঞ্জেল হৌনা হায়বকই
অচৎ-অওক তাননবা,
ইতাও ইবুংঙো নুংশিবা !
মচা শেন্না হৈবা অতাঙবা !
খঙন-চান্নবা মরূপ-মপাঙশিংদা
ইতাওগী ইচা ফৈ হায়বা খঙননবা
থেংনবা খুদীংদা হংবীয়ু
ৰাবী হেক্তা হৌবিয়ু
ইচা কয়া লৈবিবগে
কবি কবি শিনফম পায়নববগে ”

ইতাওগী ইচা ফবগী ৰাবীসি
লৈপাক মীয়াম্না খঙবিনবা
অসুম্না তৌবিবনা ফবোইদবা ইতাও
তিঃভিঃদা খববদা বেদিওদা পাউ পীরক্সি
শেল পুথোকচগে ঐ,
অদু ওইববদি ইতাওগী মিংসি
শেগাক কায়না ফাওবগনি
মচা শেন্না হৈবা মপানি শীংথানবগনি
ইচাশিংবুসু খ্বাইনা মশক খঙনবগনি
ফোতো চাউনা হাপ্লা কাউগনুসি।

অহানবা ইতাওনা ঙক্লা তায়
অনীসুবা ইতাওগী ৰাহৈদা ইকায়,
মখোয় অনীগী ৰাবীনা লেপ্লদা
উন-ৰাইমুক চীকই মফমদু
অদুবু অথাপ্লদা হূই অমনা খোংই
গৌ গৌ, গৌ গৌ, গৌ গৌ।



# মমৌ ইবেম্মগী খূৎ

মমাননি হায় মপাননি হায়
যাম্না পামজনা থোনখিবা মমিংনি ইবোচৌবা,
মচা অমতং পোকপা
অপীকপা ইমুং নুংঙাইনা উই।

মতম্নবা খঙদে
মকপ-মপাঙ খ্বাইগী লমচৎ লৌবববা
শা চাবে য়েন চাবে
নোংমা-ফাদোক নত্তনা য়ুনম তোয়না নম্নে
অহিংদসু থেঙনা হল্লক্লে
চাক চাদনা তূম্বসু য়াওবে।
খনাউ নান্দবনবা
য়ুমদা থোংবদি হাউতেদা হায়বে
থুম নমদেগা মবোয় থাক্তেগা
মবৈ মুন্না থোংদেগা
মবৈ তৌবে চাক চাবদা ইবোচৌবা।

অওনবা অহোংবা অমা লাক্লে
ইবোচৌবা লুহোংলে,
হৌজিক্তি কবিগীনো খঙদে
থোংলম্বা য়েন্দাং চাবে
চাবা থকপদা হাউতে হায়দ্রে
মমাসু ঙকই মচলসু ঙকই মপাসু ঙকই
ইবোচৌবগী মতৌদা।

নোংমা নুমিৎ অমগী রানি
নুমিৎতু মৌ অনৌবীনা ঙা থোংই
মোবোক শাতক তৌবা হাউই
থাউ নল্লপ ঙৌবসু ফৈ
অসুম্না খল্লদুনা চেকশিন্না হোৎনবনি।

ময়াম পূন্না চাক চামিন্নৈ
চাক চাবদা ইবোচৌদি মপি ইবা চৌল্লি
মনপ-মতীল্ল তাই
চাক্তি চায় হায়ববু ইবোচৌবদু
মচী লেঙদে অহাপ্পা চাক্তু
ময়েং তাদে যেঙ্গাংদু।
মমাদি খঙই
ঙসিগী ঙা থোংবসি মোবোক শাবে
ইচানুপাসি যেঙ্গাং চাবা ঙমদ্রে
মপুবোইবদা হৌদোকই,
ইচানুপা ইবোচৌবসি মহৌশা নৎত্রে
চাব-থকপদা চীলহাউ থিদ্রে।

মমৌদা তুম্মীন্না হায়
ইমৌ ইবেম্মা ইচানুপা খনাউ য়াদবসি লাক্লসি
হয়েংমুক্তি মাগীদি ঙা চফূৎ হাপসি
ঐখোয়না হাউনা চাসি
কবি হায়বকপগে য়েংসি,
মমৌদু চাক হায় নোক্লীংবা খাঙবদা।



# কুরাংপান

মীৎ উইশিল্লি ঐনা
অদুগা য়েংই ৱাখলগী মীৎনা
উবা নৎত্রবসু উই হায়বা য়াই
লেঙলি-পাল্লিবা খোংলি-লাউবিবা
অচৎপা-চৎতবা কয়া।

মীৎ অমুক পাঙই ঐনা
অদুগা য়েংই মায়কৈ খুদীং লৈনা
লোইনা নৎত্রগসু খবদি উই
তুংদা মাঙদা নাক্তা য়েৎতা ওইদা
অথাপ্পদা লৈবা কয়া।

মীৎ পাঙলগা য়েংবা মীৎয়েংগা
মীৎ উইশিল্লগা য়েংবা মওংগা
অনীসিগী মবক্তা লৈ
য়াম্না পীকপা য়ুখল
হিংবা অমসুং শিবা কৌবা মখল।

ঐনা মীৎ উইশিল্লিঙৈ
ইশানা ইশাদা অসুম্মক চঙশিল্লকই
ঐসে পীশক পীক্না তাশিল্লকই
পুম্নমক অমত্তা ওইবগুম্মী
মঙফাওনবকপদা নিংশা মপী হোন্দোকই
মমীৎসু তাঙবা মনাসু পঙবা

মাগী পুক্সিনা কবি ওইবা খল্লকই।
মীৎ উইশিনবদা পূক্লীংদা ফাওবকই
কদায়দনো ঐবু ইথন্তা
অমম্বা তাইবং ঈপাক ঈয়াই হায়বদুবা
হংনিংলকই ব্রাহংসিমক।
মীৎ পাঙলিঙৈদনা শোন্নিংলকই
নুংশিদবা তাইবংপানবসে
কায়নগদবা ঙাক্তনিসে।

মীৎ অমুক পাঙথোক
মীৎ অমুক উইসিন
হঞ্জিন হঞ্জিন শান্নবদুদা ঐগী ব্রাখন্না
থম্মোয়গী থোঙজিন্দা ঙাদুনা ঙসাইমখৈ য়েংলম্মী
ঙকচাননা হংলকই,
হিংবগা শিবগা অনীগী খেন্নবা খঙলববা?
ঐন খুম্মী,
মীৎ পাঙলগা উবা অমা
মীৎ উইশিল্লগা উবা অমা
অনীগী মবক্তা ঐসে অমুক অমুক মাঙই।



# মতৌ

খুবাইজমগী অহলদু লৈতবদা
নুপী অঙাং ইমুং মনুংদা নত্তনা
মাবু খঙবা কযাদসু নুংঙাইতবা ফাওই,
মবায়খুং ফত্তবদগী
কুম লায়না ওইনা নাদুন লৈবম্মী
ফংজখিবনবু ফববনি হায়নবসু য়াওখ্রবনি।

অসুম অসুম অনাবা হেঞ্জিল্লক
লৈবন্নগা মতম খবা য়াম্ফক তাবগুম তা
লৈখিদ্রে খুবাইজমগী অহলদু।
হৌখিদুনা নোংমা নোংমা
যৌবকই শ্রাদ্ধ নুমিৎ
শ্রাদ্ধদা শয্যা অমা শেম্মী
শয্যাগী মনাক্তা শেম-শাদুনা থম্মী
চফূ-উয়ান খাবৈ
পুখম তেংকোৎ খুজাই
যোৎশবী চেগপ খুদেং
মৈফু মৈতাল গোদোল
কোঙৌ বালটিন সেন্দল
(খুকম ফংদবগী মহুৎ)
থোংনবা থাক্লবা চেঙ-চাক হৱাই-চেঙৱাই
মনা-মশিংগী অথেনপোৎ
লৈখিদ্রবগী থৱায় মিবেলগী পোখাফম
ফক অমা থাই ফি অঙৌবনবু কুপ
ঙমজবা খবনি লাঙলিবা ভেক কৎপগী।

ভেক কৎপা হৌবমদাই
তহা তহা শুমাঙ তম্না চঙশিল্লকই
লৈখিদ্রবা বৈষ্ণবতুগী মচানুপা থোইথোই
অঙাংনা মখোঙ হাম্বদা শীজিন্ননবগী পোতি
পোৎলম অতৈ লৈবিবদুগী মনাক্তা থম্মি
অহল খবনা খান্নকই
কবিগীনো কবিগীনো পুশিল্লক্লিবদুবু
লাইদা কৎপা হৌনব্রা মদুবু !

খ্বাইনা ঙাঙনা-শক্লবিবশিংদুবুসু তানা তানা
ময়ামদা তথক তথক্লবু য়েং
মথম্মোয়দুদি তনিক-তনিক্লবু খাঙ
তেংথা নাওইদুনবু মবোল লোল্লকই,
কুমজা কযা নাদুনা লৈবল্লগা লৈখিদবনি ইপাদু
লেপ্পগা চৎপা ঙমখিদবনি মহাক্তু
নোংঙাল্লে মপান্দা অমুক থাংদোক
নুমিৎ তাবে ইমুংদা অমুক পুসিন
অনাবতা নত্তে ঐখোয়সু ব্রাখি
মপান থোক্লবা মখোঙ হাম্লবা
মাগীদমক্তা থমখি পোতি,
য়াওহঙ্গনিংদুনা শ্রাদ্ধগী ভেক কৎপদা
লৈজকবনি চৎচকদুনা কৈথেলদগী ঐনা
ইয়ামক য়াববোইদবা হাপচবসিবু
করিগীনো তৌহৈদবসিবু?
পোতি হাপকদবা হাপ্লোইদবা ভেক কৎপদা
চমম্লবা ব্রাফম অমা লাক্লে
ব্রা তৃপথোকপা ঙমদ্রে।

লৈখাই তাম্রবদুদা
তানবসি হায়নবকই সনখ্যাপুবেন্দা,
অদুবু ফমদুনা লৈবি
মখূৎনা মবায়বক্তা পায়বদুনা
লূকথবগা বাখলবু খল্লদুনা সনখ্যাপুরেন্দি।



# মখোয়সু লৈরি

ঐনা হংই মহাত্মা গান্ধীদা
ভাবততগী বৃটিশ চৎহনবা অদুনা
পম্মুংলা নওগী নীংতম্নবগী
মীনাই নাইথাং কোক্লবনিবু খন্না?
পাউখুম পীবক্তে
য়েংবতমক য়েংই ঐঙোন্দা।

ঐনা অমুক হংই ইনিংথৌ গম্ভীরসিংহদা
চহী তবেং খুম্ভাকপদা
ইবমদমদগী অরা তাম্হোকপা অদুনা
পম্মুংলা নওগী নীংতম্নবগী
নুংঙাইবগী নিংশা মপী হোল্লে খন্না?
পাউখুম পীবক্তে
য়েংবতমক য়েংই ঐঙোন্দা।

ঐনা মখা তানা অমুক হংই
পাউনা থঙ্গাল টিকেন্দ্রজীৎতা
লানফমদা নোক্লা থরায় থাবা অদুনা
পান্দম্না নখোয়গী নীংতম্বা ফংনবা হোৎনবগী
তুংগী মীবোন্দা মতীং হাপ্লগী ?
পাউখুম পীবক্তে
য়েংবতমক য়েংই ঐঙোন্দা।



ঐগী ওইনা

হৌজিক্তি ঐসে বাবে
পাউখুমগী খোয়বাঙবা হেল্লে
নক্লা লাপ্লবনিবু খল্লম্বশিংদু নীংশিংলক্লে
ঐনা মখোয়দা ওনশিন্দুনবু হায়নিংলে
নোংমা কাংদনা অশি-অনা থোক্লিবা লমদমসিদা
লুখ্রাবীগী য়ূম্ফম মশীং খঙদনা য়াল্লক্লবসিদা
ঈখেংগী মনম নল্লি
তেংথা-নাওইবগী মীকপ মীবাউখোল্লা নিল্লি
কদায়দা লৈবগে মতমসিদবু নুংঙাইবা
পাউখুম ঙাইবিবসে নত্তে ইথস্তা।



## খঙনিংলুবদা

মখোয়গী ইমুংসিবু কবম তৌবা মখলনো
নোংমতা খংনদবা-চৈনদবা য়াওদে
ইওনা চীক্লা অমুক্তা লৈবমদে,
মখোয়গী মতৈ-মনাওসিদি
হুইগা হৌদোংগা হায়বদুমক হেক থোকই।

ঐনা শেল থৌববু চঙলুববা
খঙহৌদে হেক্তা খংনবা চৈনবা লাউনবা হৌনবকই
ঈ হেক্তা শাগংনবকই,
নুপাসি থাঙ হেক্তা পায়
নুপীসে হাংলগে মতাগুম মশম খুদাঙদা য়েংলী
নুপীসিসু মপি ওবো ওবো তানা কল্পী
মফি-মবোল মথোঙ খঙদবমখৈ লৈমায়দা ওল্লি,
অদুবু করিগীনো লৈকায়গী মীদি অমত্তা উদে
য়ুমদি য়াম্না কুণ্ডনা তাই
লৈকায় পান্দবগুম্নদি তৌই।

মতৈ-মনাও অনীসি মতা অমনিদা
মখোয়গী ইমুংসি লক্ষ্মী চঙলল্লোইদা
লাইসু নীংলল্লোইদা
লাইমসু মান্নজৈদা,
শেল শান্দোক্লুবা ঐ
শেন্দোং ফংনিংলুবা ঐ
শেল্লেপ মাঙদুনা তোক্কদৌবে।

ৱাখল ময়ামসে খল্লুবা কান্নদবে
তুম্মীন্না অমুক্তুং য়েংদবা য়াদ্রে
মখোয়গী হূই অমা লৈকো
য়াম্লসু থৌইকো
হূইনা উদ্রিঙৈ শম্বল কানশিলহৌবগে
য়েন্নখাদা চংলগা নাবোন্দা ইমুং চঙহৌবগে
কাঙখদা লোৎলগা ইমুং করম তৌবা য়েংহৌবগে
মতৈ-মনাও অনীসিবু তশেংনা নুংশিনদবরা?

নুপীসিনা চাক থোংই
নুপাসিনা চাকখুম্মাঙদা ফম্মী
কবিনো নোক্লদুনা ৱাবী শাবিবসিবু
ঐগী মিংসু পল্লিনে
খংনশিন্নবদু মান্দ্রা হায়নসু হায়বিনে
লোন্না মতীল তৈশিনবনিসু হায়বিনে
পি তাবা মালহনবনিসু হায়বিনে
মতৈ-মনাও অনীসি চাননা নোক্রেনে
য়াম্না চান্নসু লৈমিন্নবিনে।

ঙাইখো লোক নঙসু খূবকখিগনু
লোক খূবা মতম মতাঙ চাদ্রিনে,
হৌজিক্তি কবি খোক্রেসে
কনানো কনানো হংনবক্রে
হূবানবা ফাবো লাউনবক্রে
কবি থোক্রে থোঙজিন্দা য়ৈশিনবদা তুবেসে,
হো! তোম্বী ঐনে হো! তোম্বী ঐনে
ঐনা শেল থৌবা লাকপা খূদীং
নখোয় অনীনা খংনবদু
অশেংববা শেংদববা খঙনিংদুনা লাকপনে
হো! তোম্বী ঐ চংলে ঐ চংলে।



## কদায়দনো ঐবু

লৈকোলদা লৈ শাৎপা য়েংই
নুংঙাইবা রাবী শাদুনা লেপ্লি
চীংয়া-তময়াদা কোয়
ফজবা নীংথিবা কয়া য়েংই
অতিয়াদা লৈচিলনা পাইবদা পুক্নীংসু লোয়নৈ
পামজবা পান্দম ফংজনীংনা লাণ্ডতক্লে
ওইহন্নিংবা কয়াগী মঙলান্দা লূপচৈ
হৌখিবদা মতম পান্মূবা পোক্তে
অসুম্না অসুম হৌখি।

ঙসিদি ঐসে রাখল অমা লাক্লে
খল্লুদবা কয়াসু খল্লে
শকউদবা অমনা কৌবকপদা
ঐবু খুমদবা ঙমগদবা?
অশিবা কৌবা মহাক অদুদি
লাকউ কৌকদ্রবসু থুংলবগনি
শকখঙনিনিংবদি লৈত্রি।

হৌজিক্তি ঐ ইশানা খঙজবে
চহী লৈশিল্লক্লে ঐহাকসে
চীংমুক রাংনা পৈবি পুন্সি থৌগায়দি
মূকচৈ হায়বদু মঙায় পান্বোমদি
খূবাক্তি তিংথোক্লক্নে।

ব্রাখলদি নহানি
অদুবু খোঙ থাংবদা মঙম শান্দ্রে
মফম খঙদবা অমদা চংলগনি খঙনা খঙনা
উবিবসি নত্তবা মায়কৈ খুদীংদা য়েংলি
থাদোক্তবদি ঙম্লোইদৌবি ঐগী ওইবশিং,
কায়নবমদাইগী হৌনবীরা শীন্থবিবসি পি
কনাদনো ব্রা অমত্তং হংগে
পুন্সিসি মমীৎ তাঙই লাল্লববা হায়জবসিবু?



# পুন্সি

মোইরাংথেমগী মুহিন্দ্রো হান্নদগী লাই নীংবসু নীংবা
থবক্তগী পোত্থাববা মতুংদনা হেল্লে
মহাক লাই নীংবা।

অয়ুক ঙন্না হৌগৎলি
ফৌ পোৎমা চনবা বোবা অমা পু
থাঙ্গোল অমা পায়
শজীক ফানবা চৎলি।

শন লোই য়েন লোই ওক লোই
ঙা য়োকই কল্লি থবক
থবায় ময়ামগী মচিঞ্জাক্কী হেক লাঙবদা
মপূম থীৎনা বায়
হন্নরুগা ঙাইহাক পোত্থাই।
ঈকজবগা চন্দল-চবা থিন
শুমাঙ মতোন্দা থাবা লৈ খবা হেক
লাইশঙদবু চৎ লাইদা লৈবু কৎ
অসুম্না অসুম পুন্সি অমা শাগৎলকই।

কনা কনাগুম্বনা হায়,
পেন্সন ফংলবা মীদি
নুপাবু ওইরো নুপীবু ওইবো
অহল য়াম্না থুনা ওইশিলগল্লি,
অদুবু মোইবাংথেম মুহিন্দ্রোদি

থবক তৌবিঙে মতমদুগা য়েংনকরবদি
হৌজিক্কা হেল্লে মশা-মউ ফবা
খুইহ্জিল্লস্বা উলা তিংখোবকপগুম তৌরে
মায়খোঙ মকা লাম্না তঙাং-তঙাংনা উবে,
মাগী নুংঙাইতবা অমা হেক হায়বা তাববদি
চহী য়ামশিল্লক্কনু য়াদবদুদা ঙায়ববনি
মচু শঙবা কুইরে মশমদি।

নোংমা মমান্নবা অমনা হৌদোরকই
লৈকায়গী লম্পাক্তা লৈপুঙ ফম্বদা
ইতাও মুহিন্দ্রোদা বা অমা হংজনিংই,
ঐখোয় নখোয় হৌমিন্নরকপনিদো
চহীসু হুম্ফুতবা তানখৎলক্লবনিদো
কবি লাইবাবু হৈবনো ইতাওদি
নহা অমুক ওল্লোবক্লিবসিদি ?
য়েংবদা হকচাং য়াম্না ফনা উবে
পাখঙ মচা ইনখৎলকপবু মাল্লে।

নোকফেৎ তৌই মুহিন্দ্রো
ফুবীৎ খুদাং শাম্বোম মরূ য়ৌনা তাখৎলি
তীংলি-য়াঙলিবগুম তৌরদুনা পাউখুম পীবকই,
শন লোইরি য়েন লোইরি ওক লোইরি
ঙা য়োক্লি ইংখোলসু চাউই
য়াসু হাপ্লে।



# হঞ্জিল্লকপদা

মহৌশাদি নঙসে
ৰাহৈ-ৰাতা মেঙনা ফজবম্মী
য়াম্নসু লিবি-খোইবিবম্মী,
হন্দক চহী খবসিদদি
লম অমা ফানা লাপ্তবা মফমদগীসু
খোঞ্জেল হৌনা ৰা ঙাঙলে
ঐনা খল্লী কবিগীনো হোংলক্লিবা মতৌসিবু
ঙাওববনে ঐগী নুপীসিবু।

কনানা কবি হায়নখিগনি
মপুবোইবা ওইবিবা ঐবু
মাগা লৈমিন্নবিবা নুপীনা
খোন্দা থীনা থীনা ঙাঙবা তাবগা
নুপীনা ঙম্বা নুপা
য়াবোইদবগী মবম লৈতে
নুংশিববুদি নুংশিববসু
খোয়সিদি নুংঙাইতে।
কবিনো অমদি তৌবে ঐগী নুপীসি
খনবদগীনি ঐনা মসি
তানখিবদু ইঃএনঃতিঃগী দাক্তর
সাইক্যাট্রিস্তকী দাক্তর
মখল শুনা দাক্তর
ঐগী নুপীগী মকোকসি চাক্লববা
ঐগী পুক্সিনা কদোমদনো?

কোন্না খঙলকখিবনি নঙসে
নাকোংদা অমোংগা লৈবে
নঙনা হৌনা হৌনা ঈা ঙাঙলিবসি
শাউবংনবী নতৌদা উবিবসি
নাকোং তাবা ঈাংগদগী ওইবন্নে।
হৌজিক্তি নঙসে ঈা তপ্পা ঙাঙলে
সেগা-মাইগা তানবা য়াবে
শৌ-শৌ লাউদরে।

ঐনা ঈাবী শাংনা লী
ঐগী নুপীনা মোমোন্তমক নোকই
নাকোং নপথীদা খূদোম্বীনা অসুম তকই
ঐবু তপ্পা ঈা ঙাঙউ হায়রকই।

ঐনা তুম্মীন্না লৈ
অদুবু খঙহৌদে থম্মোয়সে
কদোমদগী য়েন্নীং হুল্লকপনো হায়বা
ঐনা ঐগী নুপীগী খদাঙদা
ঐগী খূৎশানা শৌগৎলগা য়েংই
নুংশিববী মাগী মায়খোঙ থম্বাল,
কবি খল্লক্লবনো খঙদে মহাকসু
পুন্সিসে নুংশিদরা হায়রম্লগা হৌগৎখি।



# কাং চিংবা য়েংলুবদা

য়াম্না লুবা ৱা অমা লৈবে ইনম্মা !
ঐদি নুংশা থীবনা লোইবে হায়বা,
ঐগী ইমৌদো
থা লেপত্ৰবনি
মশা ৱাই শংদ্ৰবনিদো।

চংতবা য়াদবা থবক অমা লৈবদগী
চংথোক্লুবেদো ঐহাকসু
ঐগী ইমৌদো
মমান্নবী মৌ খবগা য়ূম্লোন কৈবোন্নবগী
কাং চিংবা য়েংলুবে মহাকসু,
ইশু নুপাবু ওইবো ইশু নুপীবু ওইবো
পোক্লকপা মতমদা হয়েং
জগবন্ধু হেক মাল্লো
মীওই মীজৌ চাদনা পোক্লক্লো,
হূম পামজদেদা
ইশুনি হায়ববসু পমজনিংদেদা,
হায়বদি হায়হৈদেকো বিষ্ণু ! বিষ্ণু !
য়ূমদা লৈবল্লবা ঐনা খামজবমগদবনিদো
মকূবোকসু কাং চিংবা য়াওখিবনিদো
ইমৌদা ৱাবী শাবিনিংঙাই লৈখিদেদো
কয়াৎ শুদ্রিবা শক্তম য়েংলুনু হায়হৌদেদো
মাইবা মাইবী তানগদবা হায়বনি
থৱায়সে ৱাবেদা ঐহাক্তি।

থেমজিল্লকই অহল ওইবী মচেম্না,
ব্বারুবগনু ইবেম্মা !
হৌগ্রবদি হৌগ্রে করম্নদি তৌগনি
লাইনা তম্বা অমা লৈবন্বসু য়াইনা,
হঙোইবমগী হন্দক লুহোংলকপী মৌদুদি
লাইসু য়াম্না নীংই
লাইশঙ মাঙব ব্বাই তৈ
কংলি নুমিৎ খুদীং হৈ-লৈ,
অজ্ঞা থৌবাণী অনীনসু
মশা লুল্লকপদা মমৌদু
মপামদা থা খবা লৈহনবসু তৌদে
জগবন্ধু উদনবা যুগ থৈবসু তৌদে।
নৌনা ফংজবা মশুদুসু
মমা খবা মান মপা খবা মান
মীওই-মীতৌ অদুম কবিসু কায়দে
পূপ পূপ লাউবদুনা য়েংবদা কয়া নুংশিগ্রে।

ইনম্মা!

অওইবনি ইবেম্মা।



# ইমুং অমদা নোংমা

মমা-মপা মচীল-মনাও মচল-মচে
হাউববসু হাউত্রবসু
চাক চামিন্নবস্মী
অওক-ওক্ত হংনবস্মী
হাপ্পকউ হায়দ্রবসু লৌনবস্মী,
বাবী হায়বদু ওইগ্রে মতম অমগী
লাক্রে অহোংবা হৌজিক্তি।

মচানুপা অহল লুহোংখিবদগী
মৌ হায়বদু লৈরবদগী
হৌনশাবা কবিনো
মৌগী উল্লকপা অওং-অউন শীজিন্নরে
পৃখম তেংকোৎ খুজাইদা হাপ্লে,
চাক-য়েন্সাং ঈশিং
মচানুপাগী শরুক তোঙাল্লে।

লাইনা তম্বা লৈবমগনি
থোকঅ-থোকঅবা হায়বদুনি নোংমগী
হাউতে হায়গনু হায়হেদে,
কনানো অহাওবা য়েন্সাং চানিংদবা
কনানো ফজবা য়ুমদা লৈনিংদবা
কনানো ফজবা ফি-বোল পামদবা
খঙউনে নখোয় অপীকপা অঙাং নৎত্রবনি।
বা য়াম্না ঙাওলম্বা য়ৃন্নুবেম্বদি
তুমীন্না লৈগ্রে হন্দক-মবক্তি,

চিংনবদি লৈ মকুবোক ওইরিবদুগী মপুক্লীংদা
মমৌনুপীনা চাক থোংবা লোইরগা অয়ান্বদা
কবিগীনো মাগী চাক তোঙান্না থন্নিবা।

কাংশোই থোংবা নুমিৎ অমদা নোংমা
মমৌনুপীনা চাক থোংবা লোইরে উবদা
ইকজথোকই পবপ পবপ
থবক অমা চৎকদবা মওংগুম লাওশিন্নে
মকুবোক উলেল তহ্‌া-তহ্‌াশিন্নে,
শামুক্তগী চাক থাংথে
চাক চাগদবগী ফমথে
মমীংনা মমৌদা ফল্লপ-ফল্লপ্না য়েং
খবা খবা খোংথবগা চাক
য়েক্সাং মহী হৈনবা তপ্না পায়খংলি তেংকোং।

মকুবোক্না চাক চাগদবগী ফমথবন্বদুদা
মমৌনুপীদু মমীং লংখংলকই
খোঞ্জেলদুসু নীক্লপ্পু তৌবকই
পাখংপা অমা য়াওনা হায়বকই,
চাক্কু ওন্নবে ইকুবোক !
ঐগীনি মদুনা
লোইশিন-খোমজিনবা লোইবগা ময়ামগী
চাগে তৌবনি কোন্না ঐদি।

মকুবোক্কু নোকমি নোকমি তৌই
চাক ওন্নববোইরে তপ্নগ্নবু শোক্লি
খোংথকবা চাক অমুক তাশিন
মাগী চাক্লা কবম্বনোবু হংশিন
বাফে অমা পুথোকই,

মকোক ফম্বগী ফম্ফম খাল্লগা উসবতদি
অহল ওইববনিনা ঐসু অহল মবক্তা হেক্তা ফম্মী
চাল্লক্ত শোয়রে লাউবকপা লৈত্রি,
চাক হূকপনা হানগদৌইদনা
ইমৌগীনি ঐদি খণ্ডলুদেদনা।

মমৌনুপীদুনা খল্লি
চোপ্লমগদৌইদা ওসি ঐদি,
তীং তীং চোংলম্বা মিহল্লা তপথরক্লবদা
তৈথোকই মমায়দগী হমাংদু
ইল্লিবা ফিগী ফিজীনা মমৌনুপীদু।



# মায়োক্তনা

উলেললগী বাকৎ মীফমসিবু
কবম্বা মখলগী মীফম ওইরিগবা
ফল্লিবসিসু মহাক মশা মতোমতনি
মরূপ মপাঙ কনা অমত্তা য়াওদে,
ছাটিন অমদি খল্লি
সমিয়ানা কর্নাৎকি মহুৎপু শিল্লি।

বাহৈ খবা খরা ইবা
চে খরা ঘেৎলি
লং তিংদুনা পবেং পবেং।

মতীক চাদবা শেলগী দিমান্দ তৌবিগনু
মপানি হায়দুনসু ঐহাকপু
পুবা থাংবা গুমদবা ভিক্ষাদি তাকপিগনু,
ঐগী বাকৎ মীফম
অঙম-অৰ্থৌদা তাইনজবা নৎচদে
নহাবোল কনাগী মায়োক্তসু তৌজদে
ইচাগী বাখল্লোনবু য়ানিংদবা কোঙদোকচবনি।

নহা অমা চঙশিল্লকই
উলেলনা ফল্লিবদুগী মনাক্তা
নহাদুনা চে অমা থেৎচিল্লি।
চেদুদা ই,

পাবুংগী ৱাকং মীকমদু
য়ূমদা ওইনা ফম্নুরসি কৈদৌবগে।

নহাক্কী নচা

*থম্মোয়জাও।*



# কণ্ডাওনরবসু

করিগীনো লমদমসিগী মীওইশিংসি
নুংশুক-নুংজাননা লৈবগুম উবিবসে
অথাম্লদা মীৎয়েংবু থম
শেংফাত্তবা খোঞ্জেলনা মুকম মুকম্নবু শোন,
ওসিগী কংলৈ লমদমসে
কৈদৌঙৈনো নীংতমগদবা !

ইবৈবাক্কীদমক মবমদমগীদমক
মাঙখ্রবা নীংতম্বা হঙ্জিন্নবগীদমক
অঙাংবা ঈখেংনা লৈমায়দা বাই তৈনা-তৈনা
কবি পাউখোংনো চল্লিবা পাখৌনা ?
কবম্বা মীৎয়েংনো মঙ্গাবকপী লুখ্রাবীনা
সেগাদা য়েপ্লিবা মচাদা চাউবো চাউবো হায়বিবা?
নুংঙাইতবা য়াওবা মখোয়না
মচীনবান চীক্লগা খুদুম্বু তাসিন
কনাদনো খুম্লিংলিবা লমল ?
বাহগ্লোক খিবদা ঐনা নীংতম্বগী
অমুক ই অমুক ককথৎলি
অমুক শেমদোকই অমুক লাল্লি খল্লী
শুকয়াওবু য়াওদে ঐগী বাহৈদা
নীংতম্বা হায়বদু মসিনি হায়বা
অতাবী অমা চপ চানা পীবা ঙম্বা

অদুনা হংজনীংই ঐনা
করিনো নীংতম্বা হায়বসিবু ?
শম্না খণ্ডহনবীবদু নত্তে শন্দোক্লা তাকপীবদুনি
করিগীনো খণ্ডদে ঙাওই ঐদি
বাসু য়াম্না ঙাঙনিংই
অদুবু কদোমদগীনো চমম্নবা মবকসিদা
মবৈ মবৈ তাশিনবা মখূৎ লীশিং লীশিংনা
ঐগী চীন মেনগদবগী তিংথোবক্লিবা !

থম্মোয়নুংদনা চবাঙ-খোয়রাঙনবি
নীংতম্বগী বাহৈনা প্রিক প্রিক শৌবি
ঐগী বাখন্না কদায়দা লৈবগে অসুম্মক থিবি
নীংতম্বা হায়বা বাহৈসিগী বাহম্থোক।

ঐনা চৎলি অসুম চৎলি
নীংতম্বা নীংতম্বা শোন্না শোন্না।



# কুমগী নোং

ইঙা থা নঙ লাক্লে হায়না লৌই
থাবাল মশীং থীবদদি
ইঙেলসু য়ৌবক্লগনি তায়
অদুবু করিগীনো ঐগী মীৎতদি উদেনা !
ইঙাগী থানুংদি চঙলে
থাবাল মশীং য়াম্লে
ইঙাগী কয়ানি পাল্লে
খুৎ থেক্লুনা পারে
নঙ লাকপগী খূদমদি ফংদে।

শংবাম্নবা অতিয়াদা য়েংখৎলি
শংবাম্নদুনা অদুম লৈ,
নোংচুপ মায়কৈদা য়েংই
কৌব্রুবোমদসু ওঙ্কোকই
ফুয়না হৌবা নোং উদে
ইঙা নঙবু লাকপরনে ?
লাক্লগা কবিগী লোৎপরনে ?
ইপুবোক্লা হায়
মশুশিংদা বাবী লীবি,
মহৌশা নৎত্রে
ঈশিং নুংশিৎ ওন্নবে
অঙাং ওইরিঙ্গে তর্পণগী হৈকক খূনবদা
পুম্নীদা কৃপা ওমদে ইঙই
মেরা থাদা লৈচিল থারে

ৱাকচিংদা উন মপাক মপাক তাবে,
হৌজিক্তি নিংথমথাগী মতম তেল্লে
নোংসু নীংথিনা চুদ্রে
কালেন্দি হায়কদুনবু কান্নদ্রে
মতমচুপ্পা ওল্লাংথাদা ওইখব্রা হায়নবু খল্লে।

ইপুবোক্না ৱাবী মখা তাবকই,
য়ুম ফজনা ফজনা শাগৎনবকপা
উ-ৱা য়াম্ভৎনবকপা
চীংবু চীং ওইনা থম্বীদবা
মহৌশাগী খল কায়হল্লকপনি মসিনসু
ইঙা থা নঙ খুম্মুনে চুম্ব্রা ?
হায়নববু হৌবক্লে
লৌদি উদবা কয়ানা
অখঙ-অহৈ শাদুনা
নোং তাদ্রিবসিনদি হৌজিকফাওবা
য়ারোইদৌবি লৌ পানবা হন্দক্তি
ইঙেল লাই চুবগনি
চাক তাঙলগনি কূমসিদি।
তুম্মীন্না লৈজবগে হায়বা ঙমদে ঐদি
হেক্তা চৈনিংলকই,
ইঙা থা নঙ তাওকো
মীশিংসে মশা মশাগীতা য়েংইকো
তুংগী মীবোলগী খন্দেকো
অদুদি ইঙা থা নঙোন্দা
হায়নিংলক্লে কবিনো অমা
করম তৌবা তারি নমিংগী ৱাহঙ্খোকসিদি ?
ইঙা ইঙেল নোংজুথা
চুম্লোইদৌরি হায়নবা।



# লাই ওক্লবা

লীচৈ অমা পায়রগা অসুম চৎলি
কনাসু লোয়নদে ইথত্তনি
কৈথেল্লোমদা হাইগৎলকই
তশেংবদি ঐসে শৈবেংবু থিবা চৎপনি।

চীংয়াদা তময়াদা হৈকোলদা লৈকোলদা
ঈশিং চাইবীনা মবৈ হা-হা তম্বদা
লোক্লুংগী ঈফুৎ মচানা ত্রোং-ত্রোং লাউনা চেনবদা
শংবান্নবা অতিয়াদা উচেক্লা পাইবদা
অহিংদা চীংজাউনা তুম্মীন তুম্মীন্না লেপ্পদা
মেঙলবা মেবাগী থাবলদা
শুমহৎচববসু মহৌশাগী ফজবদা
ইনিংলুদে শৈথাদুনা শৈবেং
মদুনা থি ঐনা অনৌ-অনৌবা মখল।

অসুম্না অসুম লাকপদা থেংনবকই
পলেম মানবী ইমা অমনা
চেঙহি ময়াল য়োল্লম্মী
লুপা তবা-কুন মঙায় শীৎলবদা মাগীদু
ঐনা খল্লি কনানা লৈবিগদগে মসিবু
শম্পুনা মহুৎ শিল্লবা মতমসিদবু।
খুইকম খুইকম তৌনা কংশিল্লবা
মনা-মশিং য়োল্লন্না অমমুক উকবদা খল্লকই
কৈথেল শন্না চানিংঙ্ঘিগদরা মসি?

খুদোম্বীনা নম্বদা খুৎশা মমি তানা কৃৎলবা
ঙায়োনবী অমগী ঙা উকই
অচৎ-অওক্তা য়েংদুনা লৈবদুদা খল্লুই
ঈশিং চাইবগা ঙা অতেকপা ওল্লকখিগদবা?
ঐগী ব্রাখল পীকথরকই
শেলমীৎলোন্দা শোকচিল্লবা
ইমা-ইবেলসিংগী পুক্নি মহিংবু নুংশিবকই।

অসুম্না অসুম লাকই
শৈবেংবু থিবদি লেপ্তে ঐদি
নাকল অমবোমগী ফিয়োনফম্লোমদা হাইজিল্লুই,
মোম্বুবম্বা ব্রাখল নৌথোবক্লে
য়েন্নীংথা লাক্লবগুম্না তৌবে
ফিয়োনবী নুপী কয়া উকবদা
ঐগী মীৎয়েং তথক তথক্লে
ঙাইহাক লেপ্তুনা ঐগী আনোক শেংদোকশিন্নে।

শেৎনবা ইন্নবা নুপাগী নুপীগী
কোন্দা শাবা পাংয়োংদা শাবা
খ্বাঙদা শাবা মখল কয়ানি,
অশি-অনাগী লুহোং-খোঙদোংবগী
ইবুধৌ-ইবেন্ধৌগী লাই-ফি
শকহেনবী ফিয়োনবীশিংনা পবেং পবেং য়োল্লম্বদুদা
ঐগী খোঙথাং তপথরক্লে
অসুম নৈশিন্দুনা লৈনিংলক্লে,
ফিদা অমুক য়েং নীংথিবী নহাশিংদা অমুক য়েং
মায়থোঙ থম্বাল লীশিংলক্তা ঐনা কোয়ঙাওনৈ
মৌনহা কয়াগা মশীং খঙদনা পোৎলক্তা থেঙ্গায়নৈ,
কনানা হনুবনিনা উদদুনা শোয়রিবনি হায়বিবন্মী

কনানা ঐবু তথি তথি চৈবিবন্মী
ঐনা কবিসু খঙদবা অচম্বা শাবদুনা
হনুশনহল্লি হেন্না হেন্নদুম
চৈশুবু ওস্থোকই ঐনা পায়বকপা লীচৈদুনা।

ঈশৈ ঙংল-ঙংলগা নুংঙাইনা লাকই,
ফিয়োনবী নুপী অমগী মনাক্তা
নুপী অমা ফমদুনা লৈবা উই
নোক্লিংদনা নোকপগুন্নসু তৌই
কনানো খঙলুদে ঐনদি মাগী মশক
মীৎকা মীৎকা চানবদা শ্বাই লাউই ঐসে,
নুপীদুনা হংলকই,
মখোয় পাবুঙবু শৈবেং ইনবা মচাক থিবিবিববা ?
ঐগী তাশিন্নদবা মতৌদু খঙবা মাল্লি
অমুক্তসু নোংশিল্লকই,
মখোয় পাবুঙ! মখোয় পাবুঙ! তাবিবিববা?
লীচৈদুনা চৈশু ওস্থোকপীবেদনা
যূমদা উবদগীদি কৈথেলদনা চঙী লৈশিল্লেদনা
নুপী পোৎফম ফি-য়োনবীগীসিদদি
য়োন্দবনিকো ফিয়োনবী মশাবুদি।
ৱাখলগী মোন্দ্রং শান্নবগীদি কায়দে
তুশিনবদা খূউ কাংদি শোকহন্নিংদে
থেংনবিবববা শৈরেংদুবু ?
খঙহৌদনা ঐনা খুমখি
খোঞ্জেলদি ফজনা মেঙখি,
ঙসাইনা চৎম্রে হায়রে শৈবেংদু
অদুদা হল্লগে তৌবনি ঐহাকসু।

কবিনো খরদি খুমগ্রে হায়জববসু
মায়সে খূবাক্লা খজাই য়ৌনা নাম্বৈজে
ইকায়বনা মায়সে ইচপমুক ঙাঙলমগদবা খঞ্জে
হোবেল য়ুম্নুবেম্বীগা উনগনি খনবদা
হন্নিংদবা হায়বদু য়ৌই ঐদি য়ূমদা।



# মিহুল

তোয়না উই ঐনা নুপা অমা
হায়বা ঙমদে অঙাওবনি হায়বদি মহাক্তু
অদুবু কবিনো অমদি শোয়রমগদ্রা খল্লী,
ঐনা খ্বাইদগী ঙক্লিবদি
মঙকশমদা সিবা সনাগী লীক অদুনি
লীক্কী মপোগ্তু খুৎনাওবীমুক চাউগনি
সন কয়াগী মোহব কয়াগী সনা ওইবমগদগে
খঙনিংলুবনি পুক্লীংদদি
অদুবু হংলুদে মদুমদি।

সনাগী লীক সিবা নুপাদু
উই ঐনা অয়াম্বা মতমদা
অফোংপা খোঙ্গাও অমা শেং
মঙ্গনবা ফুরীং অমা লীং
খুগ্রাং অমা তোং
করিগুম্বদনা পাউনা কৈথেল লম্বীদা
কবিগুম্বদনা থঙ্গাল কৈথেল লম্বীদা
করিগুম্বদনা বিঃতিঃ লম্বীদা
করিগুম্বদনা সহীদ মিনার মখোঙদা
অয়ুক নুংথিল নুমিদাংবাইরম
চংলম্বা নংত্রেগা ফল্লম্বা মথন্তমক।
সনাগী লীক সিবা নুপাদু
নিংথমথা কালেল্বা নোংজুথা
মাগী ফিজোলদা ফিজেৎ মথল খায়দে
অঙাও-অফৈ অদুম মাল্লা উই।

ঐবু ৱাখল খলহল্লিবদি
মাগী সনাগী লীক অদুননি,
মঙকসমদা সিবা সনাগী লীক্তি হায়জরবসু
মকা ফোংনা মীনা উননবা খুৎসিদুনি।
মোংতাই-শুদাইনবা নুপা
থেংনববদি ঐনা
য়েংই সনাগী লীক সিব্রা মঙকসমদা
সনাদু মপোপ চাউব্রা
লৈ-খঙনিংদুনতা ঐনা
কনানো সনাগী লীক সিবা মীওইদু।

নোংমা,
সনাগী লীক সিবা নুপাদু
তাহৌববা পোৎ অমা থিবগুম্না চৎলম্মী
মথৱায় নুংঙাইতনা শুকথরম্মী,
লীক উদবদুদা
হেক-হেক উবা মীদু ওন্নবব্রা বল্লুই ঐনা
সনাগী লীক সিবা নুপাদুদা
অহল অমনা হংই,
নঙবু কবি ভৌববগে
ঙসিদি লীক সিবা উদেনা?

কবিসু খুন্নমদনা চৎখি মহাক্তু
অদুবু মপি ঈবা চেনখিবদি উহৌই
মীওইদু কনানো ঐনা খঙনিংদুনা লাঙতক্লবদুদা
অহলদুনা তাকপিবম্মী,
মহাক্কী মমিং উলেল কৌই
শৈবেংগী লাইবিক কয়া ফোঙস্লবনি
মীগী শেন্দোলদগী মাগী মকোকসি চাকশ্লবনি।



# শজিবু মতুংদা লাকপা থা হিয়াঙ্গৈ

শাগৈগী মৌ ওইবী কয়ানা
খূদোল তম্বীবে ঐঙোন্দা
খুদৈ নংত্রগা মোজা ফুবীংনা,
হৌরে খূদোল ফংবা নুমিৎতগী
লৌজবে লমল তোম্মিল্লে হায়না ঐনদি,
মখোয়নদি খল্লমগনি চম্না
মবুংনি মৌপ্পানি হায়না
মপাম্ষোওদদি ফজনা উবে
শজিবু চৈবাউবগী খূদোলসে।

নংজবনিনা ঐনদি
চৈবাউবগী খূদোল ফংবা নুমিৎতগী ব্রাবা হৌত্রবনি
শজিবুগী মতুংদা লাক্কদবা তরেৎশুবা থা
হিয়াঙ্গৈ থাগীদি নীনিবু পানবা
নিঙোল চাক্কৌবদা কবি পীগনি ইচল ইচেদা।
মোজা ফুবীং নংত্রগা খূদৈনা অমুক হনবদি য়াবা নংতে
কবিদি তৌগনি।
কবিনো অমদি হনবা তাবনি
নিঙোলশিংনা অথন্নবা মপামদা খোঙদোইরকপা থা
নিঙোল চাক্কৌবদা।

খুদৈসিসু মোজা ফুবীংসিসু মঙ্গোল্লবোই
হান্নগী অদুম্না ফিথুপ কায়দনা থন্নগে,

অমুক য়োম্বোক্লবা তৌগে
অশিংপদুদা শেল খরা হাপকে
করিনো অমা য়েংলগা লৈগে
মদুনা নিঙোল চাকৌবগী দক্ষিণাবু ওইগে।

ইথন্ত্র বাখল খনবসিনদি
লোইশিনফম খঙদনা অসুম লৈবা তারে
মখোয়' মমা কৌথোক্কে
মাগা বাবু তানগে।



# খুয়ৌনবা

ঐগী শৈরেংগী মমিংসি অসুম্না থোঔে
মখোয়গী মপা মোয় মপা ।

শৈবেং শৈদিন্নবগী থৌরম অমদা
কবি নুপী অমনা মাগী শৈবেং পাবা হৌবকই,
শৈবেং পানা পানা
খ্বাই মীয়াম মবক্তা মমীৎ লৈনা লৈনা য়েংই
কনানো অমা থিবগুম মান্না
কবিনো অমা ঙাইবগুম তৌনা।

শৈবেং অমুক পা অমদা অমুক য়েং তৌবদুদা
শৈরেং পাবা তাবিবশিংনা ঙাঙনবকই
পোৎথা পোৎথা শৈবেং পারিবসিবু
কবিনোনে কবিসিনা তৌজশাবিবসিবু
মমীৎ য়েংখৎলকই থৌবম মপু।

কবি নুপীদু
কোয়না য়েংবদা কনা উদবদুদা
মপাল্লোমদা মাগী মীৎয়েং থল্লকই
মাগী শৈবেংদু পাবা লোইখ্রবনি
অদুবু মকোক্তগী শৈরেংদু অমুক হেক্তা হঙিল্লি,
কবি নুপীদুগী মতৌদুদা
অমসু অমসু ওকই।

শৈবেং শৈদিন্নবগী থৌবম চৎথবিঙে
ফিংনা চঙলকপা নুপা অমা
খোঙজিন্দা তক থেংজিল্লগা
লৈমায়দা পদ্রাক য়েশিল্লি
ময়ামগী বাখল অতোপ্পা অমদা থৈদোবকই
শৈবেং পাবদ্রী কবি নুপীদু চেথ্রোবকই
তুশিল্লিবা নুপাদুগী মনাক তম্না চঙশিল্লি
অদুগা হংই,
শোক্লববা হায়বা মখোয় পাবুং ?

নুপাদু কপ্লি কপ্লি তৌই
পেহৌ পেহৌ খুম্মী,
মপান্দা ইমান্নবা অমগা বাবী শাবিঙে
তাহৌদ্রে নঙবু শৈবেং পানবা কৌথোকখিবদু
নঙনা শৈবেং পাবিঙে
ফোটো কাপ্পা নংনবা চেল্লকপদা তুবিবা।
মবাইবক্তা মখূৎনা নান্ন-নান্না হাযবকই,
শৈবেং অমুক পাকবো ইবেম্মা চৎলো
ফোটো কাপ্পা চঙলক্লগে নপুবোইবা ঐসু।

কেমেবাদা য়েংলগা মচান্দা শোল্লী,
য়াবমখিগদ্রা কেমেবাসিবু।



## লাণ্ডতক্লরকপা

ঐনা হেক খঙলকপদগী হৌরে
বাখল বাংনা বাংনা খনবা
মীৎয়েং লাপ্না লাপ্না য়েংবা
পান্দম কয়া অমা থম
পজুংফমগী মঙবু মঙ
মসিমা মসিমা পাঙথোক্নে
পোরম কয়াগী পন্দুপ শেম্মী,
মরক মরক্তা খল্লী
হোৎনরগা ঙম্বখিবিক্লী
ওইথোক্কবা করিবু লৈরি
হায়নবিবনি মীদি লাইগী ঙমখঙনিবু
মীনিনা ঐসু।

নিংশা মপী শাংনবু চিংসিন
ঐনা ঐগী থবাকপু ফন্দোকচ
খুদুম কয়া তাশিল্লি
বাশক চেংশিলহল্লি
পুন্সিসি থবক্লি।

লম্বী চংপনি ঐদি
ঐগী খোঙচং লেপ্না য়াদেবু খল্লী
নুমিৎ থা চহীনা বায়শিনখ্রগা অসুম
থুক্কংপা হেনগৎলকই ইদোম।
হকচাং চোকথরক্নে

খোঙ থাংবদা মঙম শাল্লক্করে
চীন্দম্লিংবা ফাওরক্করে
ঈশিং য়াউম অমগী ঈথৌদি লাংই।

শদৌ থোংলে
বাবনা ফেরে ফেরে হাইরে
খা চীক্কুনা খাওই হায়বদু মঙায়
নুং পান তূনা মৈশা লাংলে।

ঐবু খঙবা কয়া অমনা মাঙদা কৌবি
খুৎ শম্বীগেবু হায়রি
উইনে তুং ওম্বোক্লুবদনা
ইচা ইশু ময়াম্মা মায়থোঙ লাংশিনবা,
নুংশুক্লবকই ঐহাকসে
খঙ্গানবকই কবিনোনে
ঐনা ঐগী ইশাদা লুকথজবদুনা য়েংজে
পাম্বোমগী উল্লাদা খুচম্লীবু চপচৈ
কংশিল্লবা হৈবীগুম খুঁইজিল্লম্লে ইশাসে।

ঐগী মীৎসে মশেল মবাংনা উবে
মীৎলু অনীদা পিয়াং পিবোইনরে
তিংথোক্লবা খুবাক্তা য়েংজবদুনা হংই
ঐগী বাখল কদায়দনো
ঐগী মীৎয়েং কদোমদনো
উরু উরু লৈনা কোকসে ঙাওনা ঙাওনা
চঙজফম কনা লৈরি থিনিংলক্লে
ঐগী ওইবা মহাক্তো খঙনিংলক্লে।



# লাইৎ নীংবা অমসুং নুপী

ঐ লাইৎ নীংলে
লৈঙাং মচু শঙবা ফিনা
ঐগী পামজবা ফিজোলনি,
উরীক সিরে লুকুন থাংলে
লাইবক্তা পান্নোমদা থবাক্তা চন্দন থিল্লে
মপু মাগী মিংথৈ তত্তনা শোল্লে
শিরগা লোইরবা মীওইবনি তত্তনা খল্লে।

কনাগুম্বনা হায়বিরকই- ঐসে লাইৎ নীংবা মাল্লে
মপুক্লীংদদি লক্করমগনি,
ইমুং য়েংলে য়ৌবমথৈ লায়রৈ
মাগী নুপীদুদি য়াম্না ফজে
মচা অমত্তা চেনবতা ঙায়রি
পুম্নমক থাদোকপা ঙম্লগম্রনে
নদিয়াগী নিমাইগুম কপিলাবস্তুগী সিদ্ধার্থগুম,
ঐসু খল্লিবনি
অসিগুম্বা বাখলসি খল্লমগনি হায়বা মখোয়না।

ঐগা খঙনা চান্নবা
মরূপ-মপাঙ অহল-লমল থেংনবদা
হোংনৈ ঐনা হাম্না হেক্তা হায়জহৌনবা
লৃকথজরগা কোকফাওবদি হরে কৃষ্ণ !
ইমান্নবা কনাগুম্বনদি নোক্না নোক্না হংলকপা য়াওই
কমদৌবীরিবগে হরে কৃষ্ণ ?

ইশা-ইশলগুম্বদগীদি নুংশিবা বাহে খোরকই
ইবুংঙো মপুগী মিংথে শোনবা কাউগনু
লাইরেবাক লাম্বা ফংগদৌরিবনি নঙদি নথুংনা।

ঐনা ভত্তনা নিজে
লাইশঙ খুদীং চঙদুনা লাইগী থৌজাল ফংননবা হায়জে,
ঐগী নুপী অঙাং অরাম-খৌরাংবা পোকহনবীগনু
অথা-অনা লৈহনবীগনু
ইবুংঙো নঙগী মিংথে শোনবা শুমজনবা
ঐসে লাইনীং পরে চেংচনবা।

নোংমা,
লাইশঙদা ভজন কীর্ত্তণ শক্লিঙৈ
মরূপ অমনা ভূমীল্লা নাকোংদা হায়রে,
মহাক্তু অনাবা লোয়রে
অঙাংসু শায়বা চংখিবদগী হঞ্জিল্লক্লে,
ঐনা ঐগী মরূপো হায়খি
ঐ লাক্লবা তৌরগে
মরূপ নঙনা হাল্লল্লো।

নুংশা থীনা তফিং তফিং লাকই
মূমদদি য়ৌহৌনবা তহা তহা খোঙ থাংলকই,
ফাল অমদা ফম মাঙোলদা মদোম
ঐগী নুপীদু লৈরশী ঙাইরদুনা ঐবু
উরেঙ মচুগী ফনেক অমা শেং
হজাম মপাল মচুগী ইন্নফি অমা ইন
শমজীরৈবু খেং নাচোম্বু চিন
পীশুম্বু য়েক চীনবানবু শঙ

মায়থোঙ থম্বাল মকাবু লাম
খোইরুম-মোমোল্লবু নোক
মকে শেমদুনা কেবা য়াবমখৈবু কে।
গুকপদা নত্তে কোকচাউবীবু কায়
উরিবসিবু করিনো খল্লি কয়ারক
ঐগী মরূপ অমনা হায়বিরম্বা বাকমদি
অনাবা অকনবা শিগদৌরবা অমগী মপাউনি,
য়ূম য়ৌরগা উরে
থাজদবা অমসু খোক্রে
শুমহৎয়াই পুবী শকহেনবী নুপী অমনা
লৈশাং তম্লম্রে লৈরাং থম্বালবু ওইনা
মীৎ কৃপ্তুনা য়েংনা য়েংনা খল্লী ঐনা
থবাক্কী মিহুল ইখুংনা পায়জরদুনা,
কনানো নীংথিরবীসিবু !
ঐগী মীৎতা উরিবীসিবু !
ঐনা ঐগী নুপীনি হায়বা খঙজদবমখৈ য়েংই
ফজেদা নীংথিদা চীন্দা শোঙ্গবদা ইশাবু কাউই।

নুপীদু হৌগৎলকই
ঐগী ইনাক্তা নকশিল্লকই
ঐবু তরাম-তরাম্না ওক্লকই
তপ্পা ইগুনা মেঙলবা খোঞ্জেলদা কৌশিল্লকই,
লেঙশিনবীরকসিদো হে ! লাইনীংবা !
তাগুনা গুসিদা খোঙদোয়বীরকপা !
লেঙশিনবিসি ইমুংদা হজোইদনা লোয়ননা ঐগা,
নুপীদুগী মতুঙ ইল্লি মোল্লি মোল্লি
নুপীদুনা ঐবু লেপহল্লি
মঙোন্দা য়েংউ হায়রকই।
নায়গী নাচোম শমজীগী শমজীরে

শিন্নরকই ঐঙোন্দা,
চঙক্লনা ঐনা লৈ পায়দুনা লৈ
করি হায়রক্কদগে ঙাই।

বা ঙাঙনা ঙাঙনা নুপীদুনা
মথূৎ খূৎনম্না তকথোকচল্রে
মচীনবান্দা শঙবা মচু খজাইদা তৈল্রে,
নঙনা ঐগী ইপুরোইবা অশেংবমক্তা ওইরবদি
হন্দোকপীগনু লৈদু
লৈরাং লৈকা অমমমতা ওইনা থেকখৌ
অদুগা নঙনা অমুক থিয়ু
ঐগী থম্মোয় কদায়দা লৈবগে হায়বদু,
লাইনীংবা মী অমা ওইরগনা ফম্মু
য়েংদুনা নঙনা ফম্মাঙদা ঐবু
নুপীগা মীংচানবা ঙম্মু।

বাখল লাকপা মতমদদি ঐহাকসে
ঐনা ঐগী নুপীগী থম্মোয়গা শকখঙনরল্লে।



# শম্বুল

ঐসে ঙাওরুরে
নুজা মাগী শুমহৎনা ফজবী মায়থোঙদা,
য়েংনিংদুনতা লৈহল্লে
কোয়রাওনবী তথক-তথকপী মীৎয়া থম্বাল
করিগুম্বা অমা হায়নীংবী তঙাংবী চীনবাল।

নাম্বগী নাচোমদা লাঙতক্লরিঙে
ঐনা খল্লি
থম্মোয়ফাওবদা চেৎলমগদ্রা
চেকশিন্না পুনবা শম্বুল উরুবদা
থোইনা হেন্নদুম ঐবু খোয়রাঙহল্লি
কোইতক্লা থেৎলীবা শমজীগী শমজীবৈদা য়েংজে।
ঐনা হংনিংলকই
কনাদা লেন্ননীংবা মতৌনো
অনীংবদুদা ঐবুদি য়াওদববা ?

রাখল মথঙ মথঙনি
উবদা লৈশাবী শরী মাল্লবসু মহাকসি
মশম পুন্দুনা লৈ
মৌদি শম পুল্লি হায়নৈ
অদুবু মৌসু মশম পুন্দবসু লৈ
মফি ফিদোল চিংখৎতবদি কোঙ্গায়নি।
লৈশাবী কয়া মৌ কয়া উরে
তোমখিল হেক্তা তাই মাদি
অসুম্না য়াম্না উবে মীয়াম মবক্তা।

নীংশিংবা অমা লাকই,
ঐনা অন্তাং ওইরিঙৈ
ইমানা লুহোংবা চংলমদাইদা
তোঙানবা শম অমা পুথোরকপদো
শমদু থাউ তৈবিবদো শমজেং হাংপিবদো
ইমানা শম্বান্দোং কৌই তাকপীবদো
শম্বুল চাউনবা শম্বান্দোং হাম্লদো,
মশম পুন্দুনতা লৈবসিনদি মহাকসি
শম্বান্দোং হাপ্লবরনে মসি
নহানমথৈ খল্লুদে ঐসে
পাররা য়েংনিংলে লবাই লেম্ফুগী মশম।
লৈশাবীবু ওইববসু মৌশাবীবু ওইরবসু
করিগীনো খঙদে শুমহৎলে মানা ঐবু।
রাখল কয়া চাম্মরক হল্লা খল্লবা মতুংদা
থিজিনবা য়াবা থিজিল্লবা মতুংদা
য়ুম্লাকসু খঙলে মমিংসু খঙলে লৈফমসু খঙলে
অয়ুক অঙনবদা কেন্দ্রিঙৈ অমুক্তংদি য়েংগে লেপ্লে।

য়াহৌ ওল্লে ঐসে
নুমিৎ খুদীং রাকিং চংলে
লৈরক্কুদা লম্বীদুদা তন্তনা ফাওরে
মখোয় অদুবাইগী হূই ঐবু উবদা মমৈ হাইরে ঐবু উবদা
অদুবু লৈকায়দুগী নহা খরনদি ঐসে
কনানো করিনো করিগী কোম্বোঙদা লেপ্পনো
কনাবু ঈখৌ লাংনা য়েংবনো
করিগী হঙ্গৎ-হন্দা চংপনো
ঐগী মরম কয়া থিগৎনরক্লে।

মীৎ চোংই পাম্বোম চোংই
রাকিং চংসিরা চংনুসিরা
খল্লি ঐ নোংমা

অদুবু মাবু উনিংবনা নমহৎখি
অমুত্তং চুপ-চুপ চুপ্লগা চোংলিবা মকমদু
খোঙশাল্লকখি ঐ
অসুম-অসুম লাকপদা লাগুক্লা উরকই
নুপীদুগী কোম্বোঙ মনাকমক্তদনি
পাখঙ মচা খরা ফম্লস্মী
ঐসে লাক্লে হায়বগুম্বগী মওংনি
মখোয় লোইনা ঐঙোন্দা মীৎয়েং থম্লরকই,
খোঙদি থাংই হায়ববু ঐসে
চংলিববা হায়বদুমদি খঙজদরে
মখোয়না ঐবু ঙাইখো হায়রকই
কনানো হায়দুনসু তকখৎলকই
নুমিৎ খুদীং করিগী চংপনো ?
কোম্বোঙসিদা লেপ্লগা কনাবু য়েংবনো ?
খুম্বা নংদ্রিঙৈ থবক খুমাঙ চাওশিল্লকই
না পায়বক'ই কোকসি খৎলকই ফি চিংলকই
খোঙপাক্লা কাওশিল্লকই খুবাক্লা থাজিল্লকই
মায়-মীৎ খঙদবমখৈ ফৃজিল্লকই।

কনানা করিনা শুখিবনো খঙদে কোকসে
ফোঙ-ফোঙ শাবা মনিল অমা ফাওবকই
রাকিং চংপগী হমাং চেম্বুরকপগুম্না খল্লুই
খুৎনা মাবগা য়েংলুবদা ঈ ওইরস্মী,
খঙবিবসু নত্তবা নুজা মহাকথক কোক কায়রে
কন্নীং-কন্নীং তৌরক্লে ঐসে
পি তাবক্কনু য়াবক্তরে।
অহল-লমল নুপী অঙাং ময়াম মবক্তুদা
অমুত্তং য়েংজগে খঞ্জবা মহাক্তুসু য়াওরবে,
মীনা ফুরকপগী অনাবা চৈনাখোল কাউখোক্তুনা
নুপীদুদা শংত্রিক য়েংজৈ

হৈগ্রেমুক চাউবা মাগী শম্নুলদু উরুবদা
মীৎকৃপমুক্তং খল্লী মীৎ উইশিন্দুনা,
মসিরনে ঐবু শুমহৎখিবীদুবু !
য়াম্না ফজনা উখিবদাইনে মাগী শম্নুলদুবু !

ঐঙোন্দা নুজাদুনা য়েংলকই
ঐসে উন্ত্রববা খনবা মওংনি
নংত্রগা কনানা করিগী ফৃবিবনো য়েংবনি,
ঐগী মীৎয়েংনা ঙকচানবনি।

কদায়দগীনো খঙহৌদে খৃৎচাউ অমনা লামশিল্লকই
ঐগী ঙকসমদা পায়রগা হংলকই,
ঐখোয়গী ইতৈমদা নঙনা কবিগী য়েংলি,
পেরি পেবি তৌনা কিনা কিনা খুম্মী,
ঐনা খিবকপদি ফজববা শম্নুল অমখক্লি
নখোয়গী ইতৈমগা মশক ফাওবদি মান্নবে
অদুবু ঐনা উখিবা শম্নুলদুমদি য়াওবমদবে।

নহা অমনা খোঞ্জেল হৌনা লাউবকই,
ঐখোয়গী ইতৈমগী শম্নুলদা ঙাওবা নুপা অমা লৈবে।
তিল্লিবা মীশিংনা খৃবাক খৃবকপদা
কবিনো খঙদনা ঐসু খৃবাক খৃই
ঐঙোন্দা য়েংনরকপা মতমদুদদি
নোক্লীংদনা নোকই ঐসে ইকায়না।



## ফোঙদোরকপা

বা খঙদবা য়াম্না লৈ
লমদমসিগী মচাশিংসে চাওখৎতে
মীগী তৌবিমল খঙদে,
উলেল শাউবংননা ঙাঙই।

লৈকায় মচা ফনা য়াম্না ফল্লি
কনানা তল চাবি কনানা চা থক্লি
কনানা খবরদা কবি য়াওবগে য়েংই
হোতেল মচাদু ফমফম লৈতবমখৈ মী তিল্লি,
খুদোংচাবসি লৌবিবনি
মমাঙদা থল্লিবা চাদুদি মনিল কাদ্রে
অমুক্তংদসু থাক্তৎতুনা চিংলুদে
বাদি খিব-খিরদুনা কোথরি।

হংই অহল অমনা
কবি তৌরবগে ইচা ইবুংঙো
অদুক শাথিনা বারৌনা উববু ?

ইঙনা-তপ্পা মখূৎপু লোন্না
থৌগল্লোন্না হারবা মীওই অমগুম
চিংলপ-চিংলপ্পু তৌনা,
ঙাকপীগনিদো হে ! পম্বৈ মানবও
মসিনি তমজগে তাবীয়ুদো,
খোঞ্জেল অমুক হৌগৎলকই

ময়াম তারসনু মতাগুম্মী,
লুহোং-খোঙদোংবা অশি-অনা শ্রাদ্ধ
দেব-কর্ম্ম করিগুম্বা থৌদোক অমগী থৌবমদা
চংতবা য়াওদে হায়বা য়াই ঐহাকসে
পোৎয়েং-পোৎপাং লুপা ৫০০ দগী তাজদে
ঐনা চংচবসি মঙ্গল য়াওবগুম্না খঙ্গবিবনি
ঐগীদা অমুক হল্লক্লবা লঙথোকচবিবনি
ইচা চাউসিল্লক্রে ইপা ইমাসু শোঙ্গিল্লক্রে
মীৎয়েং লাপ্না য়েংজবনি,
অদুবু মখোয় কয়ানা ঐগীদা লেঙবিবকপদদি
পোৎয়েং লুপা ১০০ হেক্তা পীনে
মদুসু মন্ত্রিক মনবা ঙাক্তা
মসিদা নত্তনা লাক্তবা কয়াসু য়াওবিবনি
হৌনববনে মসিবু হায়বা।

হোতেল কাচিন ওইবগ্না চা থক্লিবা
নোংমগী খুৎশুমল খবনা হিংজবিবা
বিঃপিঃএলঃ গী কার্দ পায়বা
লূকথরম্নু তৌনা চা থক্লিবা মখোয় খবদু
মমায় হংগৎলক্লবদিকো হায়নবু খন
মখূৎ খূদোম্নীনা মথক্রোমদবু থিন
মমীৎনা মীওইশিংদুদবু য়েং
উলেল ওইদা খাহে শীজিন্নদুনা হায়বকই,
ময়াম পুম্নমক অমুক্তং য়েংখৎপীয়ু
চাবা থকপদু ঙাইহাক্তং লেম্নীয়ু
মৈখূ য়াম্না চুরে হোতেলসি।



# ৱাখলদগী

ঙাকশেন মন্ত্রীনা লাউথোরকই
লাম্মী শীংলূপ তরা তরা থন্নগনি
হান্নদগী হেনগৎলগনি পানা খুদীংগী,
লাইরিক হৈবা নহা কয়া
থবক পীরগনি খবগীমখৈ
লাম্মীনা লোইনা লাকশিল্লগনি
নৈহল্লরোই লমহেন-তূহেনবমখৈ।

হকশেল মন্ত্রীনসু ৱাফম অমা কাওথোবকই
মীবেনশঙ চাম্মা চাম্মা শাবগনি
হান্নদগী মশীং য়ামখৎহল্লগনি পানা খুদীংগী
চাইদুনা নৈবা মী অশিবা থম্ফম চল্লক্লে
লোইসিন-খোমজিনবিনবা মীসু ৱাংলে
ফংজসনু মীওই খরদি থবকসে।

মন্ত্রী অনীগী থৌবাংসিদা
অনৌবা ৱাখল অমা লাক্লে ঐদি
নহানমখৈ শিল্পোঙ খঙলমদবা ঐসে
শেম্লোক লম্বী অমগী মঙাল উরে
থাগৎতবা য়ারিবরা মসিদা মন্ত্রী অনীবু
মতম চাদবগী তোকপনি পীনিংবনি মনাবু।

ঙাকশেল মন্ত্রী হকশেল মন্ত্রী ৱাখল নৈ
পোক্লফম ইমাগী অচঙবা মচানিবু হায়নিংই
অশিংবা মখোয়না খঙই

লৈবাক ঙাকপদা লাম্মী চঙই
লাম্মী হায়বসি নহানা ওইবা তাবনি
মখোয়গী নুংদা লোৎলিবা রাহুম্বোক ঐনা উই।
ইহৌ লাকশিন্নবা হোৎনবদা
মীশি-মীনা তোযরক্লগনি
অরা-অনাগী তেংথাখোন্না অতিয়াসি নিল্লগনি
মী অশিবা কয়া মীরেনশঙদা পৈবগনি
হকশেল মম্ত্রীসু খঙলমগনি
মদুননি মানা মীবেনশঙ য়ামহন্নীংলিবসি।
হৌজিক-হৌজিকসে ঐদি শেল পায়বসু নত্তে
খঙনা-চান্নবা মরূপ-মপাঙ লৈবসু নত্তে
সবকাবগী থবক ফংগে খল্লুবা য়াবসু নত্তে
নুপীনা শেল থোক্তদবা থবক অমা য়েংউ হাযবদু
শেন্দাল লম্বী অমা লৈগদৌবে হন্দক্তি ঐহাকসু।

মম্ত্রীদা হায়নহৌগে
থবকসি ঐনা তৌহৌগে
মী অশিবা পুবা গাডী
ঐগী গাড়ীদা নৎত্রবদি য়াদনবগী,
থবকসি ঐনা পায়হৌবগে
গাড়ী লৈহৌরগে শেল তালহৌরগে
কান্নগনি কৃসু হাপচিনহৌরগে
অয়াম্বনা পায়নদ্রিবা থবকসে
খূৎ চলহৌনবা পোবম অমা য়াৎহৌবগে
খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনহৌরগে।

রাখল খনবমখৈ খল্লুরগা উপু হাংদোকই
ঐনা ঐগী নুপীগী ফি মথঙ্গা ওল্লী
লুপা চাম্মা চৎপী অমা থেংনৈ

হয়াওবনা লোইরে ঐ,
চীনবান্না শেলদা থেংলগবু চুপ
লাইবক য়েংনিংবগী নুংঙাইরবা রাখলবু খন
করি সেরিয়েলগী করন্না অঙ্ক মশীংগী লৌসিগে
লোটরি তিকেৎ অমা হৌজিকমক লৈরবগে
মুরুম মুরুম শোন্নদুনা থোরকপদা থেংনবে
ঐগী নুপীগা মাঙ্গোলদা হেক
ঐগী নুপীনা পাখৎলদুনা ঐঙোন্দা হংলকই,
করিনো মখোয় পাবুঙনা নশা নীক্লিবদুবু
কবি তৌরুরবগে নহাকপু ?

ওহ্যোকপনিদা
থেংননিংদবীসিগা হেক থেংনৈদা
নোকশিন্নদুনা ঐনা ঐগী নুপীদা পীশিল্লী
লুপা চাম্মা চৎপীদু,
অদুগা লূকথরগসু লৈ ঐসে,
অদুবু ঙাইহাক্তংদুদা খল্লুবে
ঐগী নুপীদু ইমুংদা চঙক্লে,
মায় হাইগৎলকপদা অমুক মীৎচানবে ঐগা
ঙসাইমখৈ ইতৌ য়েংদুনা লৈবগী মাগা।



## অঙাওবী

ঐদি সিনেমা দ্রামা কয়া য়েংগন্দে
হরাউ-কুম্মেদা থবায় কয়া য়াওগন্দে।
সিনেমা হোল মমাঙদা মীয়াম তিনবদা
করি তৌনরবগে খংন-চৈনবা য়াওরবরা খন্না
অচৎ-অওক অমদা হংলুবদা
ঐসে চোপ্পা য়াওখ্রবনি
সিনেমা টিকেৎ ঈন্নবনি খঙলুদবদগী।

ইচা শেন্বা ঙম্নবা হোৎনবদা
খুৎশুমল খবা ফংনবা চেনবদা
ইপূম থীৎনা ৱায়,
লৈকায়দা শুমাঙ লীলা তৌবদা নোংমা ফাদোক
ঙাইহাক অৱা-পোথাবদু মঙায়।

খ্বাইবস্বন্দ কৈথেল মনাক
অচৌবা লাই অমা থেৎলি
মদু সিনেমাগীনি হায়বদি খঙই
নুপী অমনা করিগুম্বা অমদা য়েংবগুম্মী
নুপা অমনা নুপীদু য়েংলগা শক্তমদু য়েকপগুম্মী
ফিল্ম স্তারদু মশক ফজে।
ঐনা পাউদম্বা ঙম্বগী মরমদি
ঐনা থবকশুবা চৎপগী লম্বী মনাক্তা থেৎপদুননি
নুমিৎ খুদীং উববদুদা হায়বা ঙম্বনি,
অসুম্মা অসুম উরম্বদু লৈরমদ্রে নোংমদি

অতোপ্পা লাই অমনা মহুৎ শিল্লগ্নে
মদুদা ঐদি করিসু খল্লুদে।

লমাম্বম তোমচা উননিংবদগী
নোংমা ঐনা লম্মাংদোংদা চৎপদনি
মী য়াম্না তিল্লম্মী
লম্মাংদোংদা লৈবা সিনেমা হোল মনাক্তা,
কনানা নোকই
কনানা খুনীং কাণ্ডখৎলগা য়েংই
কবি তৌববনো খন্দুনা ঐসু চণ্ডশিল্লগা য়েংলুই
নুপী অমা ফল্লম্মী
মিংশেল য়েংই শমজেৎ হাৎলি পাউদব থাই
ময়ামদা ওনশিল্লগা নুপীদুনা হংই,
ফজদবা ঐসে ফজদবা ঐসে
নুপামচা খরনা খুম্মী,
ফজবে ফজবে হাল্লগা মাল্লরে
সিনেমাদা হিরোইন কৃম্বা য়াগদৌবে।
সিনেমাগী থেৎলিবা লাইদুদি
ঐনা ইম্ফালদা কয়ারক উপ্লবনি
করি থোইনা খল্লুদবনি,
খবনা গুাণ্ডনবা তাবকই
মতম অমগী সিনেমা য়াওবীনি নুপীসি।

য়ুমদনি
নীংশিংলকপদনি
বাখলদনি
ঐনা য়েংই নুপীদুদা অমুক
অদুগা সিনেমাগী থেৎলিবা লাইদুদা অমুক,
ঐনা শৈরেং ইরিবনি হায়বা কাউথোকই

নোমদুনা লৈরম্মী ঐগী ঙকসি
মথক্রোমদা অমুক য়েং লৈখাবোমদা অমুক লূকথ
মাঙদা থন্নিবা চেদা কলম মচীন্না থেং
খূৎ ওইনা চেবান্দা পায়
ফিলম স্তাব ওইরম্বী নুপীদুবু নীংশিং
ঐসে পি শীঙ্করম্মী
তূম্বদা মঙ মঙবগুন্নম্মী।

শৈবেং ইবিবনি হায়বগা
ঐগী ঙকসে নোমদুনা লৈবম্বদুদা
কবি তৌরবনো খন্দুনা
ঐগী নুপীনা ঐবু য়েংলগা লেপ্পুনা লৈবম্মী
ঐনা ঐগী নুপীদা হংই,
ঐনা ইথস্তা নোংমা লম্মাংদোংদা চৎপদুবু
উনবকপবা উনরক্তববা লমাবম তোমচাদুবু !
নীংশিংবা ঙস্ত্রা নহাকপু ?



# কদায়দনো ঐগী ৱাখল

চৱা হেনখি
অৱাবা খাঙখি
ভাবতবর্ষ নীংতম্নবগীদমক
বৃটিশকী মখুৎতগী কন্নবগীদমক
মহাত্মা গান্ধী,
খাঙবা ঙমখিদে বৃটিশ
থাদোক্কনা চৎখি ভারত লৈমায়
মবমদম মবৈপাকপু পাং।

মহাত্মা গান্ধীগী মতৌগুম্বনিবু হায়সিরা
চবা-চাকহেন তন্নগা লাই নীংবগী মওংনিবু হায়সিবা
চবা হেল্লি শর্মিলাসু
পামজদবনা মীহাৎ-মীপুন মীওৎ-মীনৈবু
ওইহন্নিংবনা ইঙনা-চীক্লা লৈবা লমদম্সু
লৌথোকহন্নিংবনা
আর্ম ফোর্শেস স্পেসিয়েল পৱার এক্ট ১৯৫৮ বু।
লীবিবা ৱাবী অসিদগীনিবু হায়সিরা
তমজরিবা মপাউ অসিদগীনিবু হায়সিবা
ৱাখল অমা খল্লে ঐসু
ওইনিংলক্রে মরৈপাক নীংবা মী হায়বদু।
হৌজিক্তি য়াম্না তাঙই
মরৈপাক নীংবা মী থিবদা ফংগদবসি
নুপাবু ওইরো নুপীবু ওইরো
খুৎনা থিন্দুনা তাকপা নুরবনি,

লৈপাকনীংবা মী ওইগে ঐ
বারী শীংবুলগী লাদা চলহৌনবা
করিনো খরদি পাঙথোকহৌবা তাই।

হো! মমা নঙবু লৈত্রা ইমুংদা
থোরকউ লাউনে মপান্দা
নঙনা খঙবা দাক্তব কনা কনা লৈ
মীনা য়াম্না হায়নবা মাদি হৈ
লায়না-লাইওং খঙনবা
তাপ পায়বদা মিহুল।

অহানবদা ঐনা পাম্মি
দাক্তবদা হংগদবসি
হিদাকপু কাপহনগেবা
গুলিবু চাহনগেবা
অরাম-খৌবাংবা পোক্তনবা
চবাম-চদংনদনবা।

অনীসুবদা ঐনা পাম্মি
দাক্তরদা হংগদবসি
হিদাকপু কাপহনগেবা
গুলিবু চাহনগেরা
মহী-মনাই ফনা য়াম্না থক্লবসু
মপান-ইপান শৃপথোক থোক্লিংদনবা।

অহুমশুবদা ঐনা পাম্মী
দাক্তবদা হায়গদবসি
হিদাকপু কাপহনগেরা
গুলিবু চাহনগেরা
তুম্নীংবা শৃম্লোক পোক্তনবা

উইবফাওবা উইদনবা।
অসুম তৌরবদি ঐ
চরা হেনবা গুমগনি নুমিৎ কয়ানি
কিররোই ঐদি চোকথগনি হায়বগী।

মমা নঙবু তাওনে
ঐনা চরা হেন্নিংলিবসিগী মরমসে,
ইচাশিং-ইশুসিংনা লাইরিক তম্বদা
ওইখ্রবসু আ মমাগুণ্ডেগী বা
য়াওই হায়বা ইতিহাসকী পারাদা
মবৈপাকনীংবা মী কয়াগী পুন্সিগী বাবী
নোক্না নোক্না মথবায় কৎখ্রবশিংগী
অথৌবা মিংথোল পীখ্রবশিংগী।

হৌজিক্তি মবৈবাক নীংবা মী থিবদা ফংগনি থাজদ্রে
য়ূম্লোন-কৈবোন্নবনা লম খোপচিল্লকপা
মহাক নৎত্রগা মখোয় অদূগী
মশাগী মবমদমগী গুমখৈ কায়দনবা হোৎনবদা
শিববু শান্নবগুম্না খনবদুবু
কৌই মরৈবাক নীংবা।

মমা নঙবু তাবিব্রা ঐনা লীবিবা বারীসিবু
ঐদি পিসে নৌবক্লেবো
ওইদবা য়াদ্রে মবৈবাক নীংবা মী ঐসে
ইবমদমগী গুমখৈদা মিতা-খমদাবা য়াওবে
তুম্মীন্না লৈবা গুমশিল্লক্তবে,
থাঙগী তাগী নোংমৈগী লান্দি য়াদবনিনা
লাল্লোং অমা হোংবা তাবে
চাবা হেনবরোমদা চথরগে লেপ্লে,

করি হায়গে মমা নঙবু
বাখল অমদি তানীংই ফোঙদোকউ।

মপুরোইবা উলেলদি মরেবাক নীংবা মী ওইনীংদুনা
বা তাননীংবনি থৌওইনা মাগী লোয়নবীগা,
অদুবু উলেলগী নুপী নোকমি নোকমি তৌবক্লে
খোঞ্জেল খোক্লা নোক্তবতা গুায়বে
মথম্মোয়দদি মথোঙ হূক্তবা মপুরোইবনিবু খন
লৈপাক মীয়ামদি শকখঙবীরবনিবু য়াজ
শাউনীংববু ফাজিঙ্গদুনা হায়রবকই,
হো ! ইবুংঙো থম্মোয়জাউবা !
দাক্তবগী অয়েংমলদি লায়রি
হিদাক লৈদ্রবসু য়াবি
হৌজিক হৌজিক চফু উয়ান কেনবোইদৌবি।
উলেল মাগী নুপীদা মুন্না য়েংই।



## চরুগী মী

পৈশিন্দুনা থম্মি হান্না
চরু ইকু অমা,
মথৌ চিন্নি
চরুগী মী শাবদা অঙাংশিং ।
মীতৈ, মুস্লিম, চীংমী যুরুপ মখল শুরে
মখোয়না মখোয়গী মমা মপা মান্নবা শাই
অচৌ-অশাং ফম্লাইবশিংসু শাই,
উবদা খঙই
য়েংবদা হায়বা ঙম্মী
কনা কনানো হায়বা মীশিংদু চরুগী,
সাইন বোর্দ থেংলি
য়োঙবি চরুগী মী ।

বন্দ কৌবা কাংবু
স্ত্রাইক তৌবা কাংবু
কবিগুম্বা অমা য়ানিংদবা কাংবু
লৈবা লাকই চরুগী মী
থাননবা মৈ ।



# অঙাংগী নিংঙাই

শেবেংকি বারি লীবদা
অঙাং কল্লা তোক্তে,
হনুবা হনুবীগী পান থাবগী বারীদসু
অঙাং নোকপা কৌবা লৈতে,
লাই খুংশাংবীগী বাবী ফুঙ্গা বারী
লোইনা ময়ায় চম্মী ।

বারী লী
খোয়শাউনরবা অঙাং মপানা
তাগনি তাবোই খঙদনা,
মচা কায়নবগী বারী
মবা-মপুরোইবা শেংনবগী বাবী
হিংনা মী মকৃ খোকপগী বারী ।

তঙক তঙক য়েংই অঙাংদু
বারী তানা তানা মপাদা
অদুবু মরৈদি অদুম শাংই ।
পাম্বে অমা শীজিন্নরকই
অঙাং মপাদুনা খংলাউ লাউবকই
সিফাই লাকএ ! সিফাই লাকএ !
তুমীন লৈয়ু ! তুমীন লৈয়ু !
নোংমৈ মরূ লীংখোরকদৌরে,
অঙাং মমীং ঙ্খোং ঙ্খোং ওনখংলকই
মপাদা খংকোন কোনশিল্লকই ।



